# ইঁঙেল্লৈ

“চৌংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই।
(ঐনা কেনগে কেনবরা
মালংবনা হুম্বগী কেনবনে)
মালংবা ঐদি কৈকেদৌদে,
লৈরাংনা লৈথোক লোয়হুন',
শিঙেন মদোম কেনজৰানি।”

ইথোকচবা
শ্রীপুখ্রম্বম মেরা সিংহ
কবিরাজ

# ইভেম্নে



ইথোকচবা

**শ্রীপুরুষম মেরা সিংহ**

কবিরাজ

চীংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই।

প্রেসিডেণ্ট, মণিপুর আয়ুর্ব্বেদিক সম্মেলন।

শিংজমৈ, চীংঙা পিশুম।

 [ মমল লুপা ৩·০০

অকোওবা—

ইশোকচবা মশামক



ইংশোক—১৯৭৪

কপী মশীং—৪০০

ছাপা লম্ফম—মণিপুর গীতা প্রেস, থিয়মবৈ।

# ৱাহৈ খরদং

ইঙেল্লৈ লাইরিক মচা অসি হন্দক ফোঙলিবা অসিনা অহানবা ওইরমাল্লে নীংজৈ। লাইরিক অসি পাবিরিবা নাহারোলশিংনা লায়না অমস্তুং নুঙাইনা খঙনবা অনৌবা মৈতৈলোনগী ৱাহৈ খর খর হাপচিনবা ওইনা উজৈ। ৱারেং অমস্তুং শৈরেং অনিনা পূনবা লাইরিকনি। অথোইবা সাহিত্যগী উপমালঙ্কার অমস্তুং রূপকালঙ্কার অনিমকস্তু য়াওরি। নুঙাইবা পোলোই (Comedy) অমস্তুং অৱাবা পোলোই (Tragedy) অনমিক ওই। মগুণ লৈরবা হীদাক পাম্বী অনি অমস্তুং লৈ পাম্বী অনিগী হৌরকফম অমস্তুং শীজিন্নফম তাকলি। লেখকনা মতুংদস্তু মণিপুরদা হৌবা হীদাক পাম্বী অমস্তুং লৈ পাম্বী অতৈ অতৈগীস্তু হৌরকফম অমস্তুং কান্নবা য়াওনা লাইরিক অমতং ফোঙবা ঙম্বিরবদি মণিপুর লৈবাককী কান্নবা ওইগনি খঞ্জে।

মাইবরোল হান্নবা পুয়া অসি মমাঙদনা শ্রীযুক্ত পুথ্রস্বম মেৱা সিংহদগী লৌদুনা ঐনা পাজপ্রবনি মরম অসিনা ইঙেল্লৈ লাইরিক অসি মাইবরোল পুয়া অদুদগী থেংনজখি।

অসিতস্তু নত্তনা মাইবরোল পুয়া হায়বসিদা য়াম্না কান্নপ্রবা হীদাক অনি শেম্বদা কান্নবগী ৱা য়াওরম্মী। হীদাক অমনা "তাইবং শাফবা হীদাক" কৌই অমনা "নাৱা শাফবা হীদাক" কৌই।

হীদাক অনিমক্কী মচাক মখৈ মণিপুর চীং-তমদা ফংবা ঙাক্কনি। মহীনি, চপ চানা থুম্মী, হাউই।

অরোইবদা হায়রগদবদে -ইংঙৈল্ল লাইরিক অসি পীক্লবস্থ পীক্লা মৈতৈ সাহিত্যগী মচাকশিং ফজত্রবা অরিবা ব্বারেং অমস্থং মৈতৈ লৈবাক্কী লাই হরাউবনচিংবা থৌদোক অয়াম্বদা চঙবা ভাব অমস্থং শীজিন্নবদা চঙবা ব্বারীগী লাইরিক ( ইতিহাস ) অমস্থং ব্বারেং-শৈরেং ( সাহিত্য ) গী লাইরিক অমনি, হায়বদা থোই-দোক্লা হায়মনবা থোকলোই নীংঙৈ।

শ্রীলাইশ্রম ডাঃ কীর্ত্তি সিংহ
রিটায়ার্ড এসিষ্টেট সার্জেন নং ১, সিলেক্টেড গ্রেড,
এক্স ওফিসিয়েটিং সিঃ এমঃ ওঃ,
ওনরেরী জেঃ সেক্রেঃ মণিপুর আয়ুর্বেদিক সম্মেলন।

তাং ৮।৬।৭৪ ইং

# ৱাহৈ অমা

শ্রীপুত্রম্বম মেরা সিংহনা ইবা ইঙেলৈ হায়বা লাইরিক অসি পাজরে। থায়নগী ৱারী লিজেণ্ড কয়ামুক্কগী হৌভিক্কী লোন্দা ইথোকপনি। খোঙম্মেলৈ, ইঙেলৈনচিংবগী লিজেণ্ডরী ওরিজিন ফজনা য়াওই।

থোইদোকপা হায়জনিংবা অমনা থায়নগী অরিবা লাইরিক থিজিন্দুনা চৌভিক্কী মীশিংনা পাবদা খুদোং চানবা হোৎনবিরিবা অসি থাঙ্গৈশেংনা থাগৎনিজাইনি। হৌজিক মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস মপুং ফানবা হোৎনরকপদা শ্রীমেরা সিংহনা হোৎন-বিরিবা অসিনা শোয়দনা থরা মতেং পাংগনি।

তাং ৮।৬।৭৪ ইং

শ্রীরাঃ কুঃ ৱলজিৎ সিংহ

## ৱা অমত্তং

শ্রীপুখ্রম্বম মেরা সিংহ আয়ুর্বেদ আচার্যনা ইবা "ইঙেল্লৈ" পাজরে, থৃংই অসি উবদা আয়ুর্বেদগী থবক থৌরমদা জাতিগী সেবা তৌবতা নত্তনা সাহিত্যগী লমদাংদস্তু পুকনিং থিংজিনবিবগী মওং ওইনা খোঙদাবিরক্লি। অরিবা ৱারী ৱাখোঙ থিরগা অনৌবা লোন্দা পুয়াগী মচাক কয়া হাপ্লগা লোয়ননা আয়ুর্বেদগী হীদাক্কী মচলশিংগী থোরকফমস্তু উৎপিবসিদা থোইনা থাগচ্চনিংই। মাসিনা জাতিগী সাহিত্যগী লৈকোন্দা অমদি লেবোরেটরীগী মেটরিয়েলদা অচৌবা মতেং অমা পাংলে হায়না হায়জনিঙই।

৬।৬।৭৪

শ্রীভোগেশ্বর

# মাহৌশোক

“ইঙেল্লৈ” হায়বা লাইরিক মচা অসি ঐহাক্না অখণ্ড-অহৈ শাদুনা ইজবা নচেদে। থিজিল হূমজিনবা পানজবদগী হৌদাক লাংথকী মরমদা বৈত্ত্ব অমা ওইনা অস্থম অস্থম মৈতৈগী অরিবা পুয়া কয়া মৈনজরকপদা ‘মাইবরোল’ হায়বা পুয়া অসিদা ইঙেল্লৈ’ গী রারী পরিং অসি থেংনজদুনা মতেক থরদং খ্বাইগী মাওঙা থমজবত্তনি। মথক্তা পঞ্জজ্রিবা পুয়া অসি ঐহাকী গুরু ৺শ্রীশামুলাইলাংপম টিকেশ্বর শর্ম্মা লৈকল্লা ইরোম পুখ্রি মপান্দা, খ্বাইমদি বাপুচাওবা শর্ম্মা হায়না খঙনবা অজ্ঞা অসিনা থুপকদৌবা শোক ১৯৬৮ গী নবেম্বর তারিখ ২৪, হিয়াঙৈগী ৮ নি পানবা নোংমাইজিং কুমিস্তা শিন্নবীরস্থনি। অজ্ঞা অসিগী অতোপ্পা মিং অমনা লৈতোঙগী অজ্ঞা থোনথিবগী রারীদি চহি ৬০ য়োমগী মমাঙদা মেরা থাদা অচৌবা ঈচাও অমা থোকখি, হায়রিবা ঈচাও অসিদা অজ্ঞা অসিনা সেবা চংচবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি অসি রাম নারানগীদা থৈরম্মী। মকম অসিদস্থু অমুক ঈশিং থুমখি। মসিগী নুঙাইত্তবনা ঈশিং হল্লথ্রবা মতুংদা অজ্ঞা অসিগী হিঙ্গোলদা ফুট ২০০ শাংবা ফুট ১০০ পাকপা ফুট ৮ য়াংবা য়ুক্ষম অমা মথক্তনা থোনখি। মহাকী অওকপা মথৌনা উইন অসি উবদা ওক্কবা ওয়োই। য়ুক্ষম অসিগী মথক্তা মন্দির অমস্থুং মাওব শারম্মী। মসিদগী লৈতোঙগী অজ্ঞা হায়না থঙনথি। অজ্ঞা অসি য়ুবরাজ শ্রীজিলাম্নাগা য়াম্না চায়বত নত্তনা পণ্ডিত অমস্থু ওইরম্মী। অজ্ঞা অসি ব্রাহ্মণগী অঙ্ক, পুজাগী লাইরিক-লাইশু থঙবা হৈবত নত্তনা মৈতৈগী অরিবা

পুয়া কয়া নৈনবা মৈতৈময়েক নীংথিনা খঙবা মৈতৈ পণ্ডিতশিংগী মন্নুংদা অমনি। অজ্ঞা অসি মশাগী চহি ৫৯ শুবা মতমদা মুমিৎ মঙানি চুপ্পা নোংমাইজিং চীংথক্তা ধ্যান তৌদুনা লেনখি ; মতুংদা ব্রহ্মচার্য্য চৎপগা লোয়ননা তান্ত্রিক শাস্ত্রগী অথুপ্পা কয়া মৈতৈ পুয়াদগী থিজিল্লম্মী। শাস্ত্র অসিদস্থ মপুং ফাবা জ্ঞান ফংখি। অজ্ঞা অসি ইংশোক ১৮৬৪ গী মে থাগী নোংমাইজিং মুমিত্তা পোকখি অদুগা ইংশোক ১৯৭০ গী মেগী তাং ৩১ গী নোংমাইজিং নুমিৎকী একাদশি মুমিত্তা থুপখি। অজ্ঞা অসিগী অঙকপা শিগদবা মুমিৎ অদুদা সংসার অসি ত্যাগ তৌরগনি হায়বসি তাকথোক্লম্মী, অমস্থং মন্দির মন্নুংদা শ্রীমদভাগবদ থীরম্লগা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি॥ চহি ১০৬ পুন্সিখি।

গুরুগী আশীর্ব্বাদ অমদি অথূপ্পা অরোনবা তাকপীরম্বা কয়াবু নৈনজরগা লাইরিক মচা অসি খুদোঙ্ঙবা ঙমজবনি লাইরিক অসিদা মৈহৌরোলগী রারী-রাখোঙ কয়া লাইগী শক্তিনা মীনা লৈরাং ওনখিবগী অকুপ্পা থৌরম পরেংনচিংবা অথুপ্পা কয়াবু তাক্লম্মি।

আরোইবদা ঐনা কাউঙমদবা অমগা নিঙশিংজনিংবদি রাঃ কুঃ মাইপাকস্না সিংহ এ,আই,আর এনাউন্সর এক্স এম,এল এ অহানবা মণিপুর লেজিস্লেটিভ এসেমব্লীগী মেম্বর ওইরম্বনা অসিগুম্বা লাইরিক মচা অসি থোক্লবা হোৎন-নৈনবদা উৎসাহ কয়া পীবিখিবগীদবক পুন্সিগী তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

ইথোকচবা—

শ্রীমেরা সিংহ, করিবাজ।

# ইডেম্লে

## কৌক্রু চাংগী মিংথৈরোন

খোইয়ুম কৌক্রু অসুপ্পা,
লাইথাম খুন্দা অহানবা,
চারি মপান থাবিবা,
নোংথৌ মউ লিংবিবা ;
ইবুংঙো নহাক্কী ফমফম্না,
চাংলেন মথোন তরেৎনি.
নাপোম্না তরামণাশুবা চাংলোম্নি।

খুবাং চাংজৌ তরা লোম্না
ইচু কাইনা লিশিংনা
চাংঙু খুয়াখাদা
তোল্লবা ননাই এহাক্না।
পুরুম লৈপাইজরিম্মে।

## কৌক্রু চাংগী অসুপ্পা চাঙ্গোইরোন

১। কৌক্রু চাংশা নাপোম অমনা থাবা উনগী হৌফম ওইবা মফমনি।

২। চাংশা নাপোম অমনা থাবাইপানবা মমৈ লোম্বা মমৈ পানবশিংগী পোক্লফম হৌফমনি।

৩। চীংশা নাপোম অমনা কৈ মপী কৈজাউশিংগী পোক্ফম হৌফম ওইবনি।

৪। চীংশা নাপোম অমনা শওম লমযণশিংগী পোক্ফম হৌফমনি।

৫। চীংশা নাপোম অমনা কৌবীশিঙনাং হৌফম চীংশাংনি।

৬। চীংশা নাপোম অমনা শত্রুং, শঙাই, য়োংমুনচিংবগী পোক্ফমনি।

৭। লোকশা অমনা শারি নোংথৈ, হৌফম ওইবনি।

৮। লোকশা অমনা উপী উরেমশিংগী হৌফমনি।

৯। লোকশা অমনা থাম্বী মৈত্রেং অরাবা মৈ থোকপা মফমনি।

১০। লোকশা অমনা মালং মুংশিৎ খংগোন হৌফমনি।

১১। নাপোম শুংদাই অমনা পোনবী শাৎনফমনি, চেক্লা ফুইনফমনি।

১২। নাপোম চীংখন অমনা তুবী লাইরেনগী পোক্ফম হৌফম্নি।

১৩। লোকশা অমনা লোকলেন মঙান নাইশাৎপা উ থম্বান্না থন্না হৌবা মফমনি।

১৪। চীংখন নাপোম অমদি তাউজিং হৈরাং মশীং থিঙমদনা পানবা চীংনি।

১৫। চীংলেন নাপোম অমদি লাকশিন হৈবা চীংলোন চীংলেন্নি।

---

## অহানবা শরুক

# কৌক্র কৌনু উনবা

নোংমা কৌবা কোরৌ নোংমাইজিং মুমিৎকী অয়ুকী য়েন্দা অঙনবদা, কৌক্রুগী নোংচুপ-চীংমায়রোমদা, কৌনু লাইরেম্বীনা শিনৌগী লশিং থিরিদৈঙেদা, অমদি শিংেন লৈরাং লৈহেকলিদৈঙেদা, খোইয়ুম কৌক্রুনা কৌনুগী চেংলৌ নিঙথীবা উবদা মুংশি ঈথক্লা কনখীবনা, নিঙোম্নাক্তা চঙশিল্লক্রুগা পিপুক্রুংগী মুংশি ঈথক্লা কনখীবনা ৱায়ী-ৱাতাই শাখি, মুজা পিপুক হূনবা। লাইরেম্বীসু মুংশি ঈথক হৌবনা পিপুকমুংদা মুংশি ঈথক কা, অপাম ঈথক হৌনা মুংঙাই পিরোইননা মিৎলু নাপোম থুমখিদো। কোরৌ অদুদা খোইয়ুম্না লাইরেম্বীগী থুজেং পালোইনা, মুংশি পরৈ থোক্লা, হৈরাং শেংনা খাইনা চামিন্নখি লৈরাংসু চিনমিন্নখি।

অসুম্না মুংশি লৈহুন তম্নরবদা কৌনুনা খোইয়ুম য়েংদুনা পাওমেজখি, "খোইয়ুম-ও! ঐবু চানবিরবনিনা, ঐসু য়াজরগে, হৈরাং হৈজিং শুনা পুবিরকউ। শামু অঙৌবা তোংগনি, লাইয়ামগী মমাঙদা মায় ওইজগে । হৈরাং হৈজিং শুনা পুবিরক্রবদি চীংঙুগী নাপগী লৈরাং ওইবা ঙমজরোই।" অসি হায়রমলগা লাইরেম্বী চৎখ্রে। খোইয়ুম কৌক্রুনা চীং-তমগী লাইরেম্বা লাইরেম্বী শুনা লাইয়াম পাউজেন পাউতাকলে। কোরৌ থাংজ মুমিত্তা লাইয়াম শুনা থুংলরে, হৈরাং হৈজিং পুনবা খুনদিন-ৱাতানরে। মতুংগী নোংমা কৌবা কোরৌ নোংমাইজিং মুমিত্তা পুম্না হৈজিং ৱায়োইবা অমদি হায়জপোৎ পুদুনা লুহোংবা হায়না লাইয়াম্না লেপ্লরে।

ইন্নুংগী তাংলৌ অঙৌবদা লাইরেম্বীশিংনা হৈজিং ফিরুক পুদুনা, কৌব্রুনা লাইরেম্বা মন্নাম লোয়নননা শামু অঙৌবা তোংদুনা পরেংশানা লোইবী চীংশাংদা, কৌন্নুনা লৈবা লমদম তম্না লাক্কুনা, কৌন্নুগী খরাই খোংগান য়্যৌরক্লে। অস্তুম চঙশিন্নক্কুনা কৌন্নুগী শুমাং মথৌবুং য়্যৌরক্কুনা হৈজিংপোৎ ফিরুক্কচিংবা মালেমথক্তা থারে।

লাইয়াম্না হৈজিং-ফিরুক হাংদোক্কুনা য়্যেংলুবদা হৈক্রু অমদি হৈনিং য়াওরমদ্রে। মর্জিং লোইয়ালাকপনচিংবা লাইয়াম য়াম্না শাউনরে। কৌন্নু লাইরেম্বীনা খোইয়ুম কৌব্রু য়্যেংলগা হায়জরকই, "খোইয়ুম লোইয়ুম্বা নহাননোং লৈরাং হেকরাইলিডৈদা চীংঙু নখোংখাদা হায়জখিবা হৈজিং রাৎনা পুবিরক্লবদি খোইয়ুমগী লৈপুন ওইবা ঙমজরোই হায়জখিবনি, ঙসি হৈজিং রাৎলবনিনা হায়জখিবা য়ারানা অরেম্বা ওইবা তারেদো।"

কৌন্নুগী য়াৱা তাবদা, কৌব্রু ইকাই-মুংশি য়াম্নবগা লোয়নননা, লাইরেম্বী য়্যেংদুনা য়াৱা চিঙ্গোইখি, "লোইবী চীংমায় নীংথিবা, চীংমায় মতা ফবদা, শীঙেন লৈরাং লৈহেক তমলিডৈদা সুজা খুজেং পালোইনখিবা কোরৌনোং অদুদা মুংশি পরৈ থোরক্লদুনা হৈরাং লৈহুন তমখিবা অদু নমোম অমা শাৎলরনি। নমোম অদুগী কোলোইদি লৈম্না হায়না মিংথোল্লো।" খোইয়ুমগী য়াৱা তাবদা লাইয়ামদো অশাও মৈরাইনদুনা হাঙখি, "খোইয়ুম, ঙস্মি হায়দুনা লৈরাং লৈহুন তমগ্রবদা, লাইয়াম ঐথোয়বু কৌন্নু মকাইদা করি-নোংগী হৈরাং হৈজিং পুহনবলো?"

মীনম শোরি তৌরবনিনা লাইয়াম্না শাউড়ুনা কৌম্নুদা অমুক শরি শোম্না চৈখি, "কৌম্নু নংনা লোঙ্গা-লোনথুপ্পরবনিনা, নংনা পোকদৌরবা নমোম অদু হয়েংমুকী মপোক লাংলোন্দা থৌদু-নুংগী মথক্তা লৈরাং ওইনা শাইয়োন তমলো।" লাইরেম্বীশিংনা নিংবদি নারা অদো তাইবং হেক ফাওবগা লৈরাং ওল্লো হায়না চৈনিংবনি অদুবু খোইয়ুম নোংদমখোম্না কনবনা শেরাম্নমা চৈখিয়ে।

কৌম্নুসু ইকাই মুংশি য়াম্নরে অদুগা কৌক্র য়েংদুনা চীঙ্গোই-জখি, "খোইয়ুম নংনা নিঙোন ঐবু চোপহন-নংহল্লবনিনা, ইনুংগী শোরা হেক ঙানবদা, খোইয়ুম নংনা তোংলিবা শামু অঙৌবা, হৈজিং ফিরুক ময়াম অসি, হয়েং তাইবং চায়োন-শুরোন ফাওবনা কাউদ-পৈরে লাক্লা, থৌদু নুং ওল্লো।" হায়না শরি শোম্না চৈখিয়ে অসুম্না ঙাংনরিঙৈদা কোরৌগী ফিদুপ হুল্লকলে। (ইনুংগী শোরা ঙাল্লকলে), শামুসু নুং ওনখরে অদুগা হৈজিং ফিরুকশিংদুসু ঙম্না নুং ওনখরে। থোদো অদু য়েংনা য়েংনা লাইয়ামসু মাগী মাগী মরানয়াইদা হল্লখরে।

---

## লৈস্না পোকপা

মতম্না অসুম হৌখিবনা কৌম্নু লাইরেম্বী লোইদাম থাবুম তরা শুরকলে। খোইয়ুমগী নোংদমখোন কনবনা নারা অমা কুইজরে, কোলোইনা লৈস্না হায়না মিংথোল্লে। নোংম-নোংমদগী লোইদাম থাজ, থাজদগী চহি কুমজা, অসুম্না মথং মথং হৌখিবা

চহি কুমজা কম্না হৌখরে। লৈরাং শারেপ তান্নকলে, ফজবগী মপা লৈথিদ্রে, অউবগী পুক্লিং হুনিঙাই ওইখিয়ে। অস্তুম্না পলেমনাক্তা লৈরাং লৈশাৎ তম্নকপনা চহি কুমজা তরামঙা হায়রক্লে।

নোংমগী কোরৌ সুমিত্তা, লৈস্নানা পলেম মমা য়েংদুনা পাও-হংজখি "হা পলেম ইমা-ও! ঐবু পোকপা পম্ভোগী কোলোয় মমিং তাকপিয়ু, লমদম্না কৈদা লৈবনো?" অস্তুম হায়না পাওহং-লবদা পলেম মমানা মমোম চেংলৌ চিংনা য়েং, পাওমেনখিয়ে "হা ইমোম ও! নংবু পোকপা পম্ভৌদি খোইয়ুম কৌব্রুনি।" পলেম য়াব্রা তাবদা পম্ভৌ নাক্তা চত্তুনা ইপা মশক খংজরুগে চীংগোয় পাওমেন্নজরুগে হায়জববু পলেম মমানা য়াবিরে।

---

## লৈস্নানা কৌব্রুনাক্তা লাকপা পাখংবা উনবা

নোংমা নোংমাইজিং সুমিৎকী অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা লৈস্নানা পলেম-য়াব্রা নিজরগা পম্ভৌ খোইয়ুম কৌব্রুগী মকাইতম্না য়াংদৌ খোংদোইরক্লে। অস্তুম্না লোইরোই খোংব্রাইরকপনা লোইবী চাউ-থোইবা কৌব্রু মতোন য়েৌরক্লে। লোইবী লমশাং লাকপনে, কোরৌ মৈশা লাংবনে. লাইজ ঈখৌ লাংবনা, লৈস্নানা লোইবীথক্তা কোয়না লাইজ-ঈশিং থিরকলে। অস্তুম অস্তুম থিরকপদা লোইবী মাগী মতাকবা থেন অমদা পম্ভৌ খোইয়ুমমক্না তৌবা, মচিন মঙা ফাংবা, লাইজদা তনিক ভনিকপা, মালং খোংব্রাই ফংবদা ঈথক-ঈপোম নাইরিবা, অচৌবা ঈরিক খোং অমা থেংনরুরে। লৈস্না

কৌবী নীংথিবী, লাইজ ঈশিংমুংদা, হরাউ-মথোই কাদুনা, ঈরোম্মুংদা কুমথরে, লাইজ ঈপান লাংদুনা ঈখৌ লাংবা কোকচরে।

মতৌ অসুম্না ঈরোম্মুংদা কুমদুনা লাইজ ঈপাল লাং, য়াইবী পেম্না ঈথক্লরিঙেদা, ভাইবং মপু শিদবগী য়াথং তুংইম্না, কৌক্রু চীংদোন্দা শাইয়োন তৌরগা, কংলৈপুংদা অমদি লোইবী চীংশাংদা হৈরাং লৈরাং থারুনবা অমদি শৈশক-শৈরেং পুথোক্লনবা হায়দুনা শিদবগী পিপুকমুংগী শাইয়োনথিবা পাথংবনা, খোইয়ুম্না তৌগ্রবা ঈরিক খোংগী লাইজ-ঈরোম্মুংদা লেমলৈ শরেং ওইনা শাইয়োন তৌদুনা লৈরমলে।

পাথংবা শিদবনা মুয়াগী চেংলৌ উবদা, কংলৈপুং কুমলগা তাইবং কুমৈ হৌরগে-নিং, লৈম্নাগী খুবোম মতা ফবদা চিকলুরে। লাইজ ঈপাকথক্তা ঈঙাং পাক্তক্লা ঈমু পানফেম্নরে। চৈনাখোন ফংবদা ঈরেম্মুংদগী কাথংলক্লে অদুগা হায়রকই, "লাইজমুংদা লৈরিবা নংবু খোইয়ুম লৌনম্বা কনানো? কৌক্রুগী মমোমলোই অশেংবমক্তা ওইরবদি, ঙসি ঐনা লাইজ ঈপাকথক্তা ঈঙাং পাক্তক্লা, ঈমু পানফেম্নরিবা অসিগুম্না নংগী শাইয়োনগী মমুংচনবা কনাগী থাঙলেম্না য়ানবা ওইরসনো, লাইজ ঈপাকথকসিদা লেপ্নমক ঈঙাং পাক্তক্লা, ঈমু পানফেম্নরো; অদুগা শাইয়োন তম্বা খোইয়ুম ওইরবদি শাইয়োন তৌবনি হায়বদুসু মরক মরক্তা কাউবা ওইরো।"

কৌক্রুগী মমোমলোই পিরাং পিরোইনা পম্থৌ মাবু কৌদুনা তেংথা না-ওইনরক্লে। মচাগী তেংথাখোন ভাবদা খোইয়ুম চোং-থোকলক্লে।

মচাগী মতৌ উবদা, খোইযুম পিপুক্ন্ংদা অশাও পরৈ চল লাওরকই, "লাইজ ঈরোম্ন্ংসিদা লৈরিবা লাই কনানো ? ঙসিদি ইতিক ইম্নাই খঙগনি।" অসুম হায়দুনা থাঙলেন খুত্তো পায়, লেপলে খোংবান্দা। শরেং ওইনা শাইয়োন্দুনা ঈরোম্ন্ংদা লৈরিবা পাখংবনা কৌক্রু মতিক ময়াই য়েংলগে পিপুকন্নুংদা খন্দুনা পামেন উশা ওইনা ঈপাকথক্তা তাওখৎলক্লে। পাখংবনা শাইয়োল্লিবা উশা উবদা খোইযুম কৌক্রুনা, "খঙগনি ঙসি বোরৌদা" হায়দুনা থাঙলেন্দা লাইরা শোল্লকলে, "মীরেন ঈমু খাইন-থাঙনি, চীংখৈ ফিদুপ মাপনগী মনুংচনবা থাঙনি, খাম্বী মৈরি য়াওদনা থোদু নুংথক্তা কেংদুনা শাবা থাঙনি, চৈয়োন ভরেত্তা শাবা থাঙলেম্নি সনা থাঙনি, লুপা থাঙনি, কোরি থাঙনি, কাইবী য়াংগেল তাওবা রানি, লরাই শিংগ্রেং খাইন-থাঙনি। মীরেন নংবু কায়রো, শেৎ কায়য়ু, সেগাক কায়য়ু, কায়দবা য়াদে কায়রো।"

খোইযুম্না খাক-লাওবগুম ঙংলদুনা থাঙলেন থাঙহাই পিরকপা মতমদা থাঙগী মমিনা, লাইজথক্তা শাইয়োন ভমলিবা উশা মতোন্দা য়ৈবদা মগুং মরি থোকনা চিংখাইরে। পাখংবগী শাইয়োল কায়রে, ঈরোম্ন্ংদগী মশা পুন্নমক ঈতনা পুমতৈ তৈদ্না ইকংথক্তা চোংখৎলে। "খোইযুম ঐদি পাখংবনি" হায়না লাউরক্লে। মদু তাবদা কৌক্রুনা পাওহংজখি, "ইমোম্বু লাইজ ঈপাকথক্তা ঈঙাং পাক্রক্লা, ঈমু পানফেম্নহনববু করিনোংগীনো ?" পাখংবনা খুমলকই, "পিপুকন্নুংগী মুংশি ঈচেম্না কনমনখিবদগী মাগী চেংলৌ উরকপদা চিরকলুবনি।" অদি রাবু তাবদা খোইযুম কৌক্রুনা মচাগী খুজেং পালোইনা পাখংবদা শিন্নগ্রে।

অসুম্বা শিন্নরবদা লৈস্নানা পাখংবা য়েংনা হায়জখি, "খোইয়ুমনা, তালোই ওইয়ু হায়রবদি অমুক্তা শরি রাশকপিয়ু।"

পাখংবনা থৌদ্নুংবু চিকনা শরি শোনখিয়ে। লৈস্নাদো হরাউ-ঈনোৎ-কা, পাখংবদা য়ান্না চিঙ্গোইখি "শাইয়োন খুদিংদা তালোই ওইনা য়াওহনবিয়ু।" রাহৈসি তাবদা পাখংবনা তাকপি-খিয়ে, "নংনা নীংসিবা অদুমক ওইজরো। অদুবু হন্দক্কী লাংওনসিমদি নংস্থ অৱা মোনখাংনরগনি, হয়েংমুক্কী লাংওন্দদি ঐস্থ কংলৈপুংদা নোংদা লাইরেল পাখংবা হায়না শাইয়োন তমগনি, নংস্থ লুরাংলক্তা লাইস্না হায়না শাইয়োন তমলো, অদুগা কংলৈ ময়োন্দা চাদা-নৌদাবদা য়াওজরো।" হায়না নানবিরে।

লাইনিংথৌ পাখংবনা খোইয়ুমগী মমাংদা ইশংনা মশা পুম্বা ইশং শংনা তৈরগা শাইয়োন তমলিবা অদু য়েংলগা হায়জখি, "হন্দকমুক্কী চৌংঙুগী শাইয়োনগী কোলোইদি শংলৈ-তোন হায়না কোলোইজগে, অদুগা চৌংঙুনা শাইয়োল্লম্বা উশা অসিনা পামেল উ ওইনা হৌরো কোলোইদি শাম্বা হায়না কোলোয়গে।" অসুম্বা হায়রমলগা খোইয়ুমস্থ মাঙখ্রে।

---

## অমমশুবা শক্তক

## ইঙেল্লৈ পোকপা

শংলৈতোনগা লৈস্নাগা অনিনা মপু মাগী ফজরবা খুৎশেম-মুংদা তিল্লবা অচৌবা লোইবী চীংদোনথক্তা পাল্লকলে।

মুংশি-মুংওন হরাও তয়াম্না অমদি মুংঙাই-য়ায়বী মরাঙ কায়না চহি কুমজা কয়া পোম্বী চেক্লাগুম্বা ম্নাহিপ য়াতাদুনা মুংঙাই ঈপাকথক্তা লৈরমই। নোংমদি কোরৌ অঙান পাম্হোইবস্ত চঙখরে, অমম্বা কৌবী লাইরেম্বীনা অমুবা চরৈ কুপতুনা তাইবং থম্বায় পানবা খুদিংবু মথামুংদা শুমখরে। লৈম্না শংলৈতোনগা অনিস্ত খোমলেন তূমখুন তানখরে। শংলৈতোনগী খোমলেম মঙলানচাদা মশামক খা পাংনা চৎলকলে। অস্তুম লাকপনা লোক্তাক-ঈপাক, থাঙ্গা-করাং চীংলক য়ৌরকলে।

ৱাকয়ৈ নীংথিরবা অমা নৌরেন য়াওনা লৈরমই। নৌরেন অদু খুত্তা পায়দুনা অৱাং পাংনা হোল্লকলে। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী অঙকপা ফজবগী মুংঙাইবা কয়াস্ত উরকলে। থানিন থানা মপূং ফাবনে, থৌরানমিচাক্কী ফজবা লৈতেংনে, লাইক্ত ঈশিংনা তনিক তনিকপনে, ঈপাক-থক্তা লৈরাং কোনদোল্লৈনা পরেং পরেং ফুগায়না শাৎপনে, মালংবনা য়ৈবদা থোকলিবা ঈথক-ঈপোমগী খোঞ্জেম্নে, খেঞ্জেনসিগী মরক্তা ঙিগী হিহোন তাম্বা তাবদা খংনা পাইরিবা ঙান্নুথঙ্গোং শঙ্গু পরেং ময়াম অদু য়েংনা, উনা অস্তুম লাকপনা অমুকস্ত হম্না করাং চীংলক য়ৌরকলে। করাং চীংগী চীংমায়দা নীংথিবী তোমথিন শাৎপী লৈরাং অমা উরকই। লৈরাং অদু য়েংবদা মিৎফম হোংবা ঙমখিদে। ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা অকনবা নোংলৈ মুংশিৎ অমা লাক্লুনা লৈরাংদো মালেমথক্তা কেনখরে, লোয়ননা শংলৈতোন খোমলেন মিকপখরে।

মঙগী ৱারীবু মুংশিকাদা পাওদমজখি। মপু মাগী থৌইনশিন তাইবং নমু কনানা খঙগনি। অসুম্না মঙলানচাগী য়াৱাবু লীরিঙৈ, মুংশি ইছুন অকনবা য়াইবিকোন্দা য়ৈবনা কল্লবা ঈথক ঈপোম ওই, মালং ওইরোম খোংদানা মুংশি লৈছুন তমখ্রেদো।

মতমনা অসুম হৌখিবনা লোইদাম থাবুম তরা হায়রকলে। নোংমগী কোরৌনি, ইঙেন থাগী থাজনা থানিন থাবুং ফারকপা মুমিদাংৱাইগী মচু কয়ানা লৈতেংলবা, পুক্লিং মুংশি'-মুংওনবা মতমদা নারা অমা ফংজরে। শংলৈতোন হরাও মথোই কারে, মুংঙাই ঈথকফৌ মমোমগী কোলোয়বু ইঙেন থাদা পোকই-গীদি ইঙেলৈ হায়না কোলোই মিংথোনখিয়ে। মতম খোংলোই তুংইন্না, অসুম অসুম মপুং মরৈ ফারকপা নীংথিবদা মপা লৈতা, ফজবগী চাংদমফম খঙদা, লৈরাং লৈপুং ফারকপা চহি কুমজা তরা হায়রকলে।

---

## নোংলৈ নুংশিৎনা ইঙেলৈ হমথিবা

লৈস্না কৌবী পলেম্না কোরৌ মুমিৎ খুদিং শীং চনবা উরগা মুরাগী পিপুকমুংদা মুংঙাইরক্ত্রদনা পলেম য়েংনা চিঙ্গোইজখি, "পলেম ইমা-ও। অপোকপী! তারা চাকসু থোংবিরো, মথেন লুকোই লাংবিরো, ঙসি কোরৌদি তারা চাকপু লাম্বনা চরি চাহাপ্নরে, পামেন শীংজাদো নমোম চঞ্জরুরগে পলেমনা খুমলেন তুংহুন তানবিরম্মু।"

মমোমগী স্বাবা তাবদা পলেম মমানা হায়রকই, "ইমোমলোই নংবু. পন্থৌস্থ কংলৈপাক্তা কুমখিয়ে. খোমলেন মঙলান চাদস্থ চৈরে-ঙি য়াওদনা খা-পাংনা চৎলম্মী।" অসি হায়দুনা মমোমগী খুজেং পায়না খামজখি। মপু মাগী নোংদম খোন্না কনবনা মুরাগী পিপুকমুংদু ফাবা য়াখিদ্রবোই, হায়রকই "পলেম ইমা-ও। লাপ্না চৎচরোই, নোংপোক হারমগী চীংমায়দা খোংদোইরগা তলা পামেন অকংবা খরদং চঞ্জরুগে. পলেমগী স্বাববু য়েংঙমদ্রে।" অসি হায়রম্নগা ইংঙৈ চৎখরে।

অমুম্না নোংপোক পাংনা চৎলিঙৈদা মফম ইখঙ খঙহৌদনা নোংলৈ-মুংশিৎ অকনবা খাকপা লাউবা লোয়ননা নোংদোনখক্তা নোংখাংগী খাঙহাই তমলকলে। খাঙঙমদ্রবা নোংলৈ-মুংশিৎনা হুমকলপদা হাউনা-পরৈ পায়না খাংজরম্মী অদুবু মালং খোংগোন্না পুখিদুনা মৌবী পোপতেক লোল্লবা লোকমায়দা হুমথখরে ; পুলৈ লোকচপতা হৈরাং হৈজিং ফারবা লৈরাং লৈখোক লোইর-বনা মালেমথক্তা কেনবগুম তাখরে, খোদুখক্তা নীংথেংননা মুরাগী শমু হকচাংদো হিকথখরে লৌশিং লৌমাংদ্রে। ঙাইহাক পুংগোই লৈরগা নুরাগী মিৎস্না খম্বান পাঙলক্তুনা পলেম-পন্থৌ কৌনবু তেংথা-নাওইরকখিয়ে "হা পলেম অপোকপী! নমোম লাইবকথীবীদি পলেম-পন্থৌগী পাওমেনস্থ তৌঙমদ্রে তাইবংগী মুংঙাইবস্থ ফংঙমদে পলেম্না খুজেং পালোইননা চৎখিনু খাম্বী-বদো য়ারম্নবদি, নমোমগী অন্নাবসি খোকলমলোইদবনিকো।" অমুম হায়না মিৎস্না খম্বাল ঈহৌনা অঙৌবা লোংনা য়াহিপ-তম

শয়াংনদি ইকা-ফা, মালেমথক্তা চোইনা তা, মপু মাবু থম্মুং য়াই-
হিপকোন্দা চেৎনা কোম্না লৈরকলে।

লৈরাং ইঙেলৈ-ও! কন্নকই ॥
লৈরাং লৈখোক লোয়বনা
মালং শউম ফংবদা,
লাইজ ঈথক ঈহৌরকপগুম
থাগী লাইজ ঈশিংনা ঈহৌরকলে ;
থবাকনুংগী থাম্বী মৈমুৎলকলে,
তাইবং কোক্তগী মালংবনা কম্না শিৎথরকলে,
ইঙেলৈ তাইবং চেংজেন লোইথ্রে।
পুন্সি মৈরি মুৎখরে,
মপু নাক্তা য়ৌখরে,
মাগী য়াইবী থরায়না।

পলেম ওইবীশিংনা পারি-মমোম্না
মতম চানা হলরাইরক্লবদা,
য়াইবী পুবা গুমদেদো
মচাবু কোয়না থিনৈদো ;
লৈস্না কৌবী ইবেম্মা
অমত্তা পোম্বী মমোগ্না
তরা লামলে হায়রম্বা
কোরৌনা থেঙল-ফাও হলরাইরক্লবদা
ইমানা থাম্ববু ইমোম মুংশিবী নংবু য়াখিদে ;

অরা-তুরৈ চল্লরা, অসুম থম্মা মমোম্মু
কোয়না খিরকপদা ফংখিদ্রে, লোইবী চীংমায়থক্তা
ওম্ম-থোইনা তেংথা-নাওই কপলকলে
"ইমাগী ইমোম ইঙৌমে
লমদম কৈদা চৎখ্রবগে
কোরৌ ময়ূম চঙখরৌ
হলবাইরকলো ইমাদা"
হায়না কপ্পা কপ্পা কৌরিদো।
অসুম্মা মচাগী খোঙ্গুল
লীফম খঙদনা লৈরকপা
কোরৌ শীংবুম হুমনি হায়রকলে।
চাদ-থকতবগী রাবনে,
মমোম কায়না মৈনা চাকপনে,
কৌনা কৌনা মচাবু
রাম্বুথরে নীংশিংবা লৈতনা
মত্তৌ অসুম লৈরিঙৈ,
কংলৈপুংদা কুমলুবা শংলৈতোন
কৌক্রু চীংজাও তম্না কাররক্লে
মোংবা শঙলেন য়োরক্লে।
"ইচাগী চানবা তমগী হৈরাং পুরকলি,
লৈরাং চিন্নবা য়াওরকলি"
হায়না কৌনা কৌনা চঙলকপা

মমোমগী য়াৱা ভাখিল্রে।
ৱাম্বদ্না লৈরুবা লৈম্নানা
খোইয়ুমগী য়াৱা খোনফম তাবদা
কপ্পা কপ্পা চেম্থোকলক্লুনা পাওদমজখি—
ইঙেলৈ কেংরৌ শীংবুম হুমনি হল্লক্লবা—
অসি ৱাবু তাবদা পম্থোদো
চীংমায়থক্কা মচাবু কৌদ্না
ওম্না থোইনা কপলকলে।
ইপামা পুরকলিবা হৈরাং-লৈরাং
কনানা চাবি-চিনবিগনি হায়না—
ঙম্না লংশেকথরে য়াইবীকোন্দা,
মচাগী মৈনা চাকনা
অঙাওবগী পান্দমগুম।
মমুং মতম চাদনা মাঙপ্রবী
মমোম কৌনা তেংথারি—
খোইয়ুমগী অচোবা লোইবীথকা
মনিংতম্না লৈরাংগুম শাৎচবী
লমদমকৈদা মাঙপ্রবনো হায়না
তেংথা তেংথা ৱাম্থখিয়ে।
ঙাইহাক পুংগোই ৱাম্বরুরগা হৌগৎলক্লুনা
কৌক্র চীংমায় ভরানিথোই কোয়না থিরকলে,
কংলৈ তম্পাক তম্না থিরকলে, খি'ফংদরে।

মতৌ অসুম্না [illegible]
পলেম-পম্ফোদো তনিক তনিক তুরোই তামলোইনখরে।
মচাগী খোঙ্গুল লীরকপা
লোইদাম থাবুং অহুম শুরকলে।
নোংমা কোরৌদা, কল্লবা থোদ্‌ মোনখাংনদ্‌না
খোইয়ুম শাইয়োম্নি—নীংশিংদা,
পিরাংনদি মোনখাংলিবা থোদ্‌দো পুমচোৎ চোৎ
খোমলেন তুমখুন হুনখিয়ে।
অনিগী অরাবা উরকপদা পাম্বোইবীনা
মতাং চারে হায়না। পিপুকপুংদা খন্দুনা।

---

## নুরা ইঙেল্লৈনা লৈরাং ইঙেল্লৈ ওনখিবা

কংলৈপাক্তা শৈশক-শৈরেং
লৈরাং অরেংগুম্না পুথোক্লগে-নীং
শংলৈতোনগী মঙলান্দা
মমোমগী শক্তম লৌরগা মঙফাওনবিরে।
মমোম শক্তম্না হায়রকই—
হা পম্বৌ পলেম-ও!
নমোমদি মালং নোংলৈ-ফুংশিৎ অকনবনা পুদুনা
অরাং থংবা রাকা হৌবা লোকমাইদগী হুমথরকুনা

পূলৈ লোক্ংদা তারে.
য়াইবী থরায় থারেদো—।
লৈরাং ওইনা শাৎচরমগে.
ইঙেন থাদা শাৎলগা
ইঙেন থাদা কেনজগে.
সুমিৎ তরেৎনি অমনা অঙৌবা লৈরাং ওইজগে.
'দ্গা তরেৎনি অমনা লৈঙাঙমচু ওইনা শাৎচগে.
মালেম-থক্তা ইনিং-ইথা তম্না কেনজগে।
লৈরাং ঐনা শাৎলিঙৈ
ঐবু হেকপা মীদ্দি
খাংঙ্-থক্তা মন্ং মতম চাদনা
অপাম-ন্ংশি খঙদনা
ঐনা কেনবগুম মাস্থ কেনবা ওইসন্
মচাগী য়াহৈ তাবদা
নংনা নীংবা থুংজরো—হায়না
মমোমগী শমু-কোক্তা নানবিরে,
অস্থম্না খোমলেন মঙফাওনরে,
মমোমগী শক্তমস্থ মাঙখরে।
খোমলেন মিকপ্নদা
মমোমগী মৈনা তেংথা-নাওই কপখিয়ে,

---

## মণ্ডগী বারীবু লৈস্নাদা পাওদমখিয়ে।

পল্লেম পস্থৌ অনিনা অরা-মৈশা-লাং
কৌব্রুগী অৱাং চীংমায় তম্না লাকপনা
পুলৈ লোক্লুং য়েৌরক্লে।
অসুম্নবু থিরকপদা
মমোমগী নূংগী খুজি তারম্বা থেংনৱে,
খুজিদো য়াইবীকোন্দা চেৎনা কোল
তেংথা নাওই কপচখি।
কপ্না কপ্না মচাগী লৈফম য়েংলুকপদা
মনাক-নক্লা অকংবা শরূ মরক্তা
শাৎলমলে মঙলান্দা তাক্লম্বা লৈরাংদো,
লৈরাংবু কোল্লগা, মচাগী মৈনা
য়াইবীকোন নিক-পিরাং পিরোইনা তেংথা নাওইরকলে—
ইমাগী ইমোম ইঙেল্লৈ, খোইয়ুম লোইবী থক্তা
মনীং তম্না লৈরাংগুম্না শাৎচবী ইচাবু
মন্নুং মতম চাদনা, অপাম-মুংশি থঙদনা মাঙখিদা
"কল্লকইদা-ফজদেদা মালংবা,
চীংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ
চিম্নদনা কেনখিবা কল্লকই।"
পলেম মাদি, মমোম লৈরাংবু কোল্লগা
কোয়না চেল্লি, তেংথারি ওন্ন-থোইনা।
মালেমসে মমশিনখরে

তত্তনা শিন্থবা পিরাংনা
মিৎলু নাপোম থুম্বনা
মতমসিদা পান্থোইবীনা মতাং চারেংখন্দুনা
মিরবা খোঞ্জেম্মা লাউরকই –
“মালংবা ঐদি কৈদোদে
লৈরাংনা লৈখোক লোয়দুনা
শিঙেন মংদাম কেঞ্জবনি – ।”
খোঞ্জেন তাবদা, ইঙক-ঙক্লা”
য়েংলকপদা লৈরমদ্রে কনাসু ।
ইমোমগী পুন্সি তেল্লকপনা
মনুং মতম চাদনা অয়োইবা ম্নাহিপ তানখিবনি
ৱারুদুনা কামদ্রে, অসুম্না লৈস্নাবু
পুকথেম-পাউতাক্লরগা
কাউঙমত্রবা মমোমগী শক্তম ওইরিবা
লৈরাং চার অমা ফুক্লগা
চৌংগী চৌংদোন তম্না কায়ক্লে
মোংবা শঙ্গায় য়োৗরক্লে ।
লৈরাং চারদো নীংথিনা মালেম লৈতৌদুনা থারে,
লোইদাম থাবুং অমগী মনুংদা হোৗরে।
শংলৈতোম্না তমদগী পুরকখিবা
মচাগী চানবা হৈরাং, মচা লৈরমদবদগী হুন্দোকখিবহু
হোৗরক্লে তাউজিং মউ চাউরক্লে

পামেল লৈশাং তমলকলে
হৈরাংনা য়োমনা পাল, তাউজিং মমুন কাহুন্না
মালেমথক্তা কেল্লিয়ে।
হৈরাংডুবু পায়রগা, ইমোমনা পামজবী
হৈরাংখোইহুনিকো হায়না
পলেম-পম্বো অনিনা হেংথারি
ইমোমনা য়াহিপ তমথিবা লোকশিবু
ইঙেল্লোক কোলোয়বিরমগে,
তাইবং চায়োন-শুরোন্দা
কাউদ-পরৈ লাক্লবু লৈহৌরসন্নু,
কাউঙমখিদে মিংকুপ অমত্তবু
'সুম্না নোংমা নোংমা হৌখিহুনা
লোইদাম থাজ কয়া হৌখরে
চহি কুমজা তরা হায়রক্লে।
অনিহুগী অরাবহু উরকপদগী
পাম্বোইবীনা অমুক শায়োন তৌহুনা
খোমলেন তুমখুন তাল্লিহৈঙেদা
শংলৈতোনগী মঙলান্দা মঙফাওনবিরে -
"নমোম অমা শাংলরনি,
হন্দক নহাক্না ফংজগদৌরিবসিদি
শিবা-নাইদ্রবী মুমিং-থানা লৈন্নিবমখৈ লৈহৌরগদবীনি
পাম্বোইবী ঐনা শায়োন তমলকপনি।

চহি কুমজা তরেৎ শুরকপদা
কংলৈপুংদা কুমতুমা খুন্দারু;
নংগী লাংঙোন্দা লোইবী চীংশাং কোয়না চত্তুনা
হৈবাং লৈরাং থারম্মু,
তাইবং চারোন-শুরোনগীদমক।
নমোম অতুগী কোলোয়না
পোক্সেম-লৈমা মিংথোক্সো।
মাগী শাইয়োন অতুনা
নুংশিৎকী মবেম্মা ওইনা
মুমিংনা থানা পাল্লিমথৈ লৈহৌরসনু,
অতুগা, মহাক্তি কৈথেন্দা লৈরগা
কৈ.থন লাইরেম্বী ওইগনি,
চীংদা লৈরগা চীংলৈমা,
তমদা লৈরগা তমলৈমা ওইনা শাইযোনগনি,
নোংমা কোবা নোংমাইজিংদা
ইমুংগী লম্লেমদা লৈগনি
লাইনিংথৌ সনামহিগী থৌগন তৌগনি –
নাপগী লৈরাংগুম, চেক্লাগুম চীন্দিমতুনা লৈগদবনি
হায়রমলগা পাম্হোইবী মাঙগ্রে।

## অনিশুবা শরুক

## পোঞ্জেনলৈমা পোকপা

মতম খোঙলোই তুংইন্না
লৈরাং লৈহুন-তম
তাউজিং মহৈ য়াম্মুনা
নাবা অমা অমা ফুইজরে
লৈস্নাদো থাবুং তরা নাওপুন্নুনা।
নোংম নোংমগী শারেপ তাল্লকলে,
চহি কুমজা তরেৎ শুরকলে মমোমদো,
অদুবু কাউওমখিদে ইঙেল্লৈবুদি।
মমোম্না চাউশিল্লরুবদা, কংলৈপাক্তা কুমগে নিংহুনা
লৈস্না য়েংহুনা শংলৈতোম্না হান্নরকই
কুমলসি তমদা, কৌব্রুদা লৈবা অসিদো,
ইমোম্নগা চাউরকপনে
ইঙেল্লৈগুম মাঙগত্রা
য়াইবিকোনদা মিপাইরে।
খোইয়ুমগী য়ারাদো য়াজরে লৈস্নাসু।
'সুস্না ঙাঙনহুনা খুনহোংনবা থৌরাংগ্রে,
হৈরাং-লৈরাং চার কয়া ফুকলে।
ইমুং অদুমা লেল্লগা
অবুক্কী য়েন্দা অঙনবদা,
মচাবু শমু নমদা পোহুনা।

হৈরাং-লৈরাং চারগা লোয়ননা
লোইবী মতোন্দগী তম্পাক তম্না খোংদোইরকলে
অস্তম লেপ্তনা লাকপনা কংলৈপাক য়োরকলে,
নম্বুল তুরেন তুংইন্না অস্তম লাকপনা
লোইবী চীংঙাগী তুরেন-তুখুপ্তা খুন্দারে।
চহি কুমজ কয়া স্তম্না' পাল্লকলে।
লোইবী চীংঙা কাখত্তুনা তুরেন খোংনুং কুমদুনা
শরিক-হৈ, মমোম্না পামজবা তাউজিং হৈরাংখোই
'সিনচিংবা হৈরাং-লৈরাং কয়ামরুম
শীনবা থুংনা থারকলে।

---

## শংলৈতোন্না নোংমাইজিংদা নোংমাংখা থাবা

শংলৈতোম্না য়েলহৌঙৈগী রাবু
নৌহৌনা অমুক নীংশিংলকলে,
লোইবী চীংদা চংলগে নীংলকলে।
খন্না খন্না অহিং অদুমা লৈরগা
ইন্দুংবা হেক ঙানবগা, লোইবী চীংদা কারগে খন্দুনা
মমোম্মু লৈস্নাদা চেৎনা লুনা শিন্নরগা
মমাংগী রাবু নীংশিংনা
হৈরাং-লৈরাং মরূ অমদি চার পূদুনা

মমায় নোংপোক-ওমা খোঙশাক্কলে।
য়াংলৌ লমদম খয়া খংলগা,
নোংপোক নিংথৌ পাংগলবগী
অচৌবা লোইবী চীংজাওগী চীংখোং য়ৌরে।
চীংখাং য়ৌরবদা, খাউদগী পামেল মরু খরা
লৌখোকলে, মালেম লৈত্তৌজনা থারে
অতুবু লাইজ-থিকলেম চাইনবা খিবদি কংখিদ্রে।
মতমসিদা কোয়ৌখজা ওন্দুনা
অতিয়া শিদবা মপুদা লাইজ নিজখি,
মপু-মাগী মিংথৈ শোন্দুনা।
শিদবা মপুনা পেনবিরতুনা, মিকুপ খরগী তুংদা
নোংমদোনথজা খাকপা লাউবা লোয়নবা
নোংখোং ফুইনা চুথহনখি।
তাইবং মপুনা শীনবা শিন্থানিনা
হৌরকলে পামেন অমা,
মপান-মউ ফারকলে
নীংখিবা মপান শাৎলকলে
নোংথৈ গুপ্না কোরি মচু মান্নদি।
হৌরবা পামেনগী ফজবা উরকপদা
শংলৈতোম্না মনা অমা হেকলগা
শায়দনা য়েংবদা থারমলে।
পামেনতুগী কোলোয় থোনখিয়ে;

নোংমা কৌবা নোংমাইজিং মুমিত্তা,
পামেন মাবু থাবনি,
নোংমগী মমুংদা হৌরগা
শরিক নোংথৈ্ গুম্না মপাল শাবনে,
লাইজ-থিবা খঙম্রবদা
অতিয়া শিদবনা নোংমদোনখক্কগী
অখাক-অরাউ লোয়ননা লাইজ পীনখিবনা
অর্মদি পামেন-মনানা খাস্থ খারবনিনা,
"নোংমানখা" হায়না কোলোয় মিংথোনখিয়ে।
পামেন মাগী মখোঙদা অহিং'ঙুমা লেল্লে,
অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা হৌডুনা,
নোংমাই চীংজাও কাখৎলে,
পামেন উজাউ, উরী-ৱারী
হৈরাং-লৈরাংনচিংবা কয়া থারকলে।
শংলৈতোম্না অঙানবদনা চীংলাই ওইনা,
ইমুং তাংলৌ অথেঙবদনা মীগী শাইয়োন ওইনা,
তাবাক পায়ডুনা, লোইবী চীংজাও কয়াদা
কোয়না চত্তুনা, থারকলে পামেল কয়া
হৈরাং-লৈরাং কয়া, তাইবঙ মপূং ফানবা।
অস্থম্না মপুগী থোদা পাঙথোকলিঙৈ
চহি কুমজা কয়ামুক হৌখ্রে।

---

# লৈস্নাগী অরোইবা য়াহিপ

শংলৈতোন্না নোংমাইজীংদা কোয়না চৎথ্রিবৈদা
লৈস্নাগী শাইয়োন লোইরক্কুনা
অন,-লায়ওং খঙদনা, হেদে,-নাহে-চল
তৌরাং ফক্তা ওল্লেদো।
মফম ইখঙ খঙহৌদনা
অরোইবা য়াহিপ তমলকলে।
মিৎস্না থম্বাল মানবীদো,
মিৎলু-নাপোম থুম্নদি,
তরং লাইজ ঈহৌনা
মমোম য়েংনা পাউমেনখি—
ইমাগী ইমোম নংবু,
পন্থৌবু লুনা চান্না নীংথিজনা তৌরকউকো—
হায়রমলগা, লোংনা য়াহিপ তানখিবগা লোয়ননা
য়াইবী মৈরাদি মুৎখরে,
থরাই মিরেন মাদি মপু নাক্তা খোংদোইখ্রে।
মমোম পোক্তেন লৈমনা, পলেম মতৌ উবদা,
থরাই য়্নাওদ্রবা মমাবু কোন্দুনা
ওন্না-থোইনা কপলক্লে তেংথা-নাওইনা।
শংলৈতোন্দো নীংশিংলকলে,
লৈস্নাগী শাইয়োন মতম লোইশিল্লক্লমাল্লে,

কাউরুরেদো ঐদি-পিপূকনুংদা খল্লকলে।
খন্না খন্না লোইবী, চীংদগী কুমথরক্কুনা
কংলৈপাক্কা তারকলে,
নম্ব্ন মরিন তুংইন্না লাকপনা.
শীংলেন শঙ্গায় য়োৗরকলে।
লৈস্নানা য়াইবী থরায়-থা
অঙৌবা হকচাংনা লোংনা লৈরম্বা উবদা
অঙাওবগী পান্দম ওইখরে।
শুমাংগী মথোৗবুংদা শংলেন খনগৎলে,
লৈস্নাবু চরৈ লৈতেংবিরে, খাংচেৎমচি-লাং.
শংলেন মুংদা চংবী লারাকথক্কা
অঙৌবা লোংনা য়াত্তাহল্লে।
মুমিদাংরাই ঙাংঙ্রানবা মচুনা লৈতেংবা মতমসি.
কোরৌ মাগী মঙান্না শংলেম্মুংদা-য়াহিপলিবী
লৈস্নাগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাংদা মৈবদা
তনিক তনিক ঋজরি।
পোঞ্জেন লৈমনা মমাগী মতৌ উবদা
পলেম খোম্নাং নীংশিংলকলে।
কৌক্রু চীংদোন্দা লৈরিবৈ
পলেম্না তমপাকথক্কা-পম
খোম্নাং মায়য়োরুখিবা
চীংগী হৈরাং অহাওবা কম্না চিন্দখিবা

অসি খিবিক নীংশিংলকলে মমোমদো ।
মিৎস্না থম্বাল অনিদো পিরাংতনা পুমচোং-চোং
চেনখোকলক্লুনা শংলেম্নুংদা লৈরিবী মমাবু কোন
পলেমগী খোম্লাংবু চুপ্না হিক্লা হিক্লা তেংথা-নাওই কপচখি ।
মমোম পোঞ্জেনলৈমনা অস্নুম্নদি তেংথাখি
"হাওবনিদা পলেমগী খোম্লাংদো ; হাওবনিদকো
ইমানা পীজবা হৈরাংখোই—
হৈরাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা
শিবু খোইনা হাওবা হৈদি, চিন্দম্বা হৈনিদা" ।
হায়রুনা কপ্না কপ্না শৈশকখি ।

---

## লৈস্নাবু লৈরোন চনবা

শংলৈতোম্না চান-থক্লবা শুনা লাংলক্লে
তরেৎশেন হাপ্নবা শেঙ্গাউ,
চেংগী চেংপোৎ, হাপকদবা শুনা হাপলক্লেদো
চেংপোৎ মোনথাংনহল্লে, মহুবু উরগা
পিরাংনদি মিৎলু নাপোম ঈহোরে ।
লৈস্নাবু চিংনা য়েংলগা, অস্নুম্না তেংথাখি —
"লমশোনবিগী লমম্লাইদা
মোন্নুনা ব্লারে পোখাবা,
-- ব্লারদনা তৌরবোই মুরা অসে

চেংপোৎ মোনখাংনরে –
শাবি লাও লাও, চৎসি লাও
মাঙদা থারো লাও,
কল্লকপা য়ামই, কঞ্জাওবা য়ামই
মাঙদা থারো লাও" হায়না
থরায় য়াওব্রবা নৈস্নাগী
খুজেং পালোইননা ওন্ন-থোইনা কপলি।
ঙাইহাক অস্তুম্না কপ্লুরে ;
মমোম্না ব্রাম্বডুনা নৈবা উবদা
য়াইবিরেন কায়না মচাগী অরাবা কোক্রবা থেমজিল্লক্লে
"ইপাগী ইমোম ইবেম্মা।
কপলুরগম্বু অমুক পোকপা অমুক শিবা
তাইবংগী থানবা য়াদ্রবা খোঙচৎনি,
ব্রারুডুনা কায়দে, থাদোক্লো নমাবু
থরায় য়াওব্রবা হকচাংদা মিৎকী পিরাং তাহৈদে।"
"ঐখোয়না কয়া অব্রা-তেংথাডুনা
হল্লকলরোই নমাদো, অডুনা ইবেম্মা,
ইপা-ইচা চঙডুনা, অশিবগী হৌনবী থৌরম পাঙথোক্লসি।"
হৌনবী মতুংইন্না, লেপ-তমডুনা
মালেম নৈদি নৈতৌরে,
সুরা মাবু নৈরোন-চন,
থৌদ্রু নুংপাক্লা মংথোঙ থিংজিল্লে

নোংমদুমা অস্নুম্না লেল্লে।
মথং নোংমা কোনবগী মুমিদাংরাই মতমনি,
শংলৈতোন অৱা-মৈচাক্কা লোয়ননা,
চৎলি নম্বুল খোংবান্দা ;
মতম অদুদা অকনবা মালং মুংশিৎ শিৎলক্লুনা
তোর্ব্বান্দা হৌরম্বা চেক্লাশিংগী ম্মারেকফম ওইরম্বা
অচৌবা হৈবোং পাম্বীগী মতোন্দা
হুমদেকখরে মালংবনা।
কোরৌহনবসু লোইবী চীংজাওগী মরুম থূপখরে
অমম্বনা খোংদারকলে,
শংলৈতোন্দি লৈস্না কায়না মৈচাক্তো কাউঙমদা
নোংমদোন থক্তা য়েংলগা
মুরা মাবু কৌদুনা তেংথারি।
মতমসিদা, পোম্বী-চেকলাশিং অদুদি
ইমুং ম্মারেকপা মতম য়োরক্লুনা,
মখোয়গী মহৌশাগী কায়দোংফম
পামেন তম্না পাইনরকলে ;
"অদুবু মালং মানা পামেন মাবু থুদেকলম্বা উবদা,
কায়দোংফম লৈভদুনা কোয়না কোয়পাই পাইবদো উবদা
শংলৈতোম্না থল্লকই—"ওম্থোকপনিদা"।
ঐনা লোইবী চীংশাংদা
চেক্লাগুম্না কোয়না চগুনা,

হৈরাং লৈরাং থারুবা
হল্লকপদা ঐগী কায়দোংকম ওইজবী
লৈরাং লৈস্নাস্থ মপু মানা হুমদোকপিরমলে,
ঙসি চেক্লা নখোয়না ওইরিবা অরাবগা ঐগা মান্নরে।"
'স্নুন্না খল্লুরগা কপ্না কপ্না শকলকই :—
"চেক্লা পাইখরবনা, পোস্বী হঞ্জিল্লকপদা,
চেক্লাগী কায়দোংকম লৈত্রদুনা
পোস্বী ঐদি ককঙাওনরেদো।"
অস্নুন্না অহিং তাংলৌ অথেঙবদা শকখিদো।

---

## খেংগুনলৈগী মমিং খোনখিবা

অস্নুন্না রানা লৈরকপনা
নোংমা-নোংমা, থাবুং-থাবুং হৌখিবনা,
চহি-কুমজা তরেৎ শুজিল্লকলে।
নোংমদি অযুক্কী য়েন্দা অঙনবদা
মাঙলমচৎকী খোদোকপু নীংশিংলকলে।
মাগী নাপগী মবেম্মা ওইরম্বী
লিক্লাং পরেংগুম লৈরম্বী ঙকশমগী
ঈরোম্নংদা তত্তুনা মাঙখিবগুম
মতমগী খয়াত্তা তাদুনা মাঙখ্রবী

লৈস্নাবু য়াইবিকোন্দা খল্লুরগা
মিৎলু লাইজ ঈহৌনা
মুন্না মাবু লৈরোন চনখিবা
লাকলে মফম অদু তান্না।
মংথোং থিংলম্বা থৌদু-নুংপাকথক্তুদা
সনা মচু মানবা লৈরাং চরোং শাৎলমলে।
লৈরাংদুবু উবদা, শীঙেনগী লৈখোক য়েংলগা
নীংশিংলকলে কৌব্রুগী চীংদোন্দা
অচৌবা ঈরিকখোংগী লাইজঈরোম্নুংদুদা
লেমলৈ শরেং ওইনা শায়োল্লিঙৈদা
চীকখিবা লৈস্নাগী খুবোম মতা ফবদো।
লৈরাং মাগীকোলোয়বু;
লৈস্নাগী খুবোম মাল্লি হায়দুনা,
লৈরাং খোঙ্গুনমেলৈ হায়না মিংথোল্লে;
থৌদুথক্তা লৈরাং চরোং ওইনবু
চোম্না শাৎলি হায়দুনা
লৈরাং নুংচোমপা কোলোয়রে;
সনা মচু মাল্লিগীদি লৈস্না হায়নস্থ মিংথৈরে।

---

## মঙাঙনা শরুক

## শংলৈতোনগী অরোইবা য়াহিপ

শংলৈতোম্না লৈরাং মাবু কোল্লগা,
পিরাং শিম্বুরকপনা লৈরাংদো পুমচোৎ চোৎখরে।
সুম্না কপ্না কপ্না, লৈস্নাগী ফজবী
নীংথিবী শকুমদো নীংশিংখি,
কৌব্রুগী লোকমায় খুদিংদা,
পামেল শীংজনবা চৎপদা,
হৈরাং লৈরাং শেৎন-খাইনা চামিন্নখিবদো,
ইমুং তাংলৌ অথেংবদা
নীংথিবা লাইজ-ঈপাঙা
নৌরেন খুত্তা পায়দুনা
রাকৈয়ে হিরেন হোনমিন্নখিবা—
অসি খিবিক মথং মথং নীংশিংলকলি।
মতমসিদা শংলৈতোম্না ইৎক ঙক্লা শকলক্লে—
"চীংমুংগী তম্ফা লোক্তুগী পাইবিরক্লো ইনেমমচা,
রাকোল্লো, রাকোল্লো,
চীংদগী রাকোম্না, তমদা পাইগে মহায়রে,
তমদগী রাকোম্না, চীংদা পাইগে মহায়রে ;
রাকোম্না কাপ্পা ফিকাপ্পা
রাকোন কংনোই নোই,"

হায়না তেংথা নাওই শৈশকলি।
লৈরাংবু কোল্লগা শাইয়োন তয়গে নীংদুনা
শিঙেন-নাক্তা য়াহিপ তয়কলে।
থৌদৌ অদু উবদা পোঞ্জেন লৈমনা চেনশিল্লক্তুনা
পন্থৌ মাবু তনকোন কোনখৎলে হায়রকই —
"হা পন্থৌ! নমোম্বু হুন্দোকপিরম্লগা,
লমদম কৈদা চৎপিগদৌরিবনো ?
পন্থৌগী অরেপ্পা য়ারাদো নচাদা তাকপিরমউ,
নমোম ঐনা লমদম কদায়দা লৈগদবনো ?
মমোম য়েংনা পন্থৌ মানা পাওখুমখিয়ে—
'ইপাগী লাংঙোন্দি, মৈতৈ কংলৈপুং ময়োন্দা,
নোংদোল লাইরেল পাখংবা ওইনা
মতমদুদা নমানা লুরাংলক্তা শাইয়োল্লগনি,
লাইস্না হায়না কোলোয়গনি,
'দুগা কংলৈপুংগী লৈমরেন ওইগনি,
চাদা-নৌদাগনি, শলাই কয়ামুক পুথোক্লুগনি।
ইপাগী হকচাং অসিনা
লোইয়ুম্বা পামেল ওইনা হৌগনি।
ঐদি নমাগী শরি রাশক লৈবনিনা
কংলৈসিদা চাদা-নৌদাবা শন্দোকপা লোইরল্লগা,
লেমলৈ লোক্তাক্তা লৈগনি।
ঐগী হকচাংনা ওনবা পামেন উ অসি,

ইপাগী শলাইগী মস্লুংচনবা,
তুবী চপ্লাইরোংবা হায়বা অমনা.
কংলৈপুংদা নিংথৌ ওইনা পাল্লথিনি,
মহাক্না পামেল অডু য়াল্লগা
হিরেন ল্লাকয়ৈ অমা শাগনি
কোলোয়না ইশম-চাইবা কোলোয়নগনি।
হিরেন অসি ভোংলগা লেমলৈ লোক্তাক্তা
ঙাফা ঙানৈবা লৌরেম্ব-খোংনাংথাবা হায়না মিঙ্গৌবা
মাইচৌগা লোয়ননা লাকনি,
মতমডুদা মহাক্না ঐবু মশক খঙদড়ুনা
থাঙলেম্না ইপাদা য়াল্লগনি,
মতমডুদা ঈঙাং-পাক্তক্না, ঈমু-পামফেম্নগনি,
মডুদা নমাগী শরি নামুংখিবা লোইরে।
ইপাগী ইমোম নংনা পাঙথোক্কদবা থৌরমদি,
মংথোঙ থিংলিবা থৌডুথক্তা শাৎলিবা,
লৈরাং নুংচোমপাসে, মোইরাং থাংজীং চীংজাও কারগা
পাম্মেন উকা উকা খুদিংগী থাদগদবনি চেকশিন্না,
লৈরাং অসিবু, লেম্না মাঙবা য়াবা লৈরাং নত্তে,
মোইরাং থাংজিংগী মনাই অচানবা অমনা
থিরক্কনি লৈরাং অসিগী, লৈশক লৈফম
তাকপিরম্মু ইমোম নংনা
নমাগা ঐগনা শকলমলিবা শৈহেক শৈরেংশিংসে

কংলৈপুংদা শন্দোরম্মু
ইমোম নহাক্তি পাম্ছোইবীনা শাইয়োনবনি.
নংগী নপোকপু কাউগম্মু।
ইবেম্মা নহাক্তি, কৈথেন্দা লৈরগা কৈথেল লাইরেম্বী
তমদা লৈরগা তমলৈমা, চীংদা লৈরগা চীংলৈমা,
ভালৈমা, থুমলৈমা, ফৌলৈমা.
শিল্লৈমা পুম্নমক নংনা ওইগদবনি,
তাইবং নমু য়োকপিনি নহাক্তি।
নোং কৌবা নোংমাইজিং কোয়রৌদা,
ইন্নুং তাংলৌ অঙথেবদা
ইমুংগী লমলেম কাদা লৈদুনা
লাইনিংথৌগী নাপগী লৈরাংগুম তালোই ওইনা লৈরগনি।
সুমিৎনা থানা লৈরিমখৈদি
পোজেনলৈমা হায়না কোলোয়নহৌরগনি।
স্নুম্না পাউমেল্লরগা,
তাইবং মপুগী মিংথৈ শোম্না
অমংগী ম্নাইথোং কুমথরে
তাইবং শাংনা য়াত্তাখরে।
মহাক্কী অশিবা হকচাংদো, মমোম্না
হৌনবী মতুংইন্নদি লৈরোন চনখিদো
স্নুম্না লৈরকপনা চহি কুমজা তরেৎ শুরকপদা
চীংঙা তুরেল তুথুপ্তা লোইয়ুম্বা ওইনা হৌখিয়ে,

## 'ইঙেল্লৈ' গী মরমদা নৈনবা

ইঙেল্লৈগী ৱারীগা কোম্নবা সাহিত্যগী য়াম্না ফজবা মচাক কয়া য়াওরবা ৱারেংস্নু ওইবা য়াবা অদুগা শৈরেংগী শক্তমতনা অয়াম্বা শরুক ওইরবা লাইরিক অসি "মাইবরোন" কৌবা পুয়াদগী লৌথোকপনি।

"ইঙেল্লৈ" দা অনাবা লায়য়েংবা মাইবশিংদা কাম্নবা হিদাক-লাংথক ওইনা শিজিন্নবা শাস্বা-উ অমদি নোংমাংখা, মতৌ করম্না মমিংশিং অসি থোনখিবগে হায়বদুগী মরমদা য়াম্না কজনা য়াওই। মাইবশিংনা শিজিন্নবা য়াবা মন্ত্র অমগা য়াওই।

থোইদোক্না শৈশক কয়াদা শিংথানবা লৈরাং অনি — ইঙেল্লৈ অমদি খোঙ্গুনমেল্লৈগী ৱারী য়াম্না মরিক চুন্না য়াওই।

ইথাইদগী মরুওইবদি মৈতৈ সাহিত্যগী ফজরবা মচাক ওই-রিবা অমদি লাই হরাওবদা ঈশৈ ওইনা শরুরিবা শৈশক খরগী হৌরকফমগা কোম্নবা ৱারী অসিনি।

---

## মৈতৈ সাহিত্যদা "ইঙেল্লৈ" গী খুদোল

ইহান হানবমক্তদা খোইয়ুম কৌব্রুগী মিংথৈরোন অমদি কৌব্রু চীংগী চীঙ্গোইরোন ফজনা তাকই।

"খোইয়ুম কৌব্রু অশুপ্পা,
লাইয়াম খুন্দা অহানবা
শরি মপান থাবিবা
নোংথৌ মউ লিংবিবা.........."

শৈরেং অসিদা কৌক্রু কৌবা লাইগী মতিক ময়াই তাকলি। মৈতৈনা "লাই" হায়না খঙনরিবসি মশক য়ামই। মতিক ময়াই য়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা লৈবা মীবু লাই হায়না খঙৈ। "হে-মী লাইমানবশা" হায়বা রাফম অসি পুয়াদা য়াওই। মরম অদুনা মী হায়বসি লাইগী শক্তমনি হায়না লৌবনা মতিক ময়াই লৈরবা মীবু লাই কৌবদা থোইনা লান্দে। মখোয়বু লাইপোক হায়নস্থু খঙনৈ। মতম কুইনা পুন্সিববুস্থু লাই ওইনা লৌনৈ। উ লাই ওইরবা হায়বসি য়াম্না মতম শাংনা হৌদুনা লৈরক্লবা উবু খঙনৈ। অতৈ পোৎশক্তুস্থু লাই-ওইবা হায়বসি কুইনা লৈরক্লগা পীবা মিংথোম্নি।

অমুক শিগ্রবা মীবু লাইগী খুয়া তানখিবা, লাইরৈবাক কাখিবা হায়নস্থু ফোংদোকনৈ। থোইদোক্লা শিগ্রবা মতিক ময়াই লৈবা মীবু লাইগী শীংদা চল্লি।

খঙদবা পোৎশকপুস্থু লাই কৌই। অঙকপা পোকহনবা মীশক নত্রগা পোৎশকপুস্থু লাই কৌই। অরেপ্পা মওং অমদি অকুপ্পা মওং খঙদবদগী নুমিৎ থাবু মৈতৈনা লাই কৌই। মসিদি মালেম অসিদা লৈরিবা লৈবাক কয়াগী মথাই থাইনগী মীওইশিংনস্থু খল্লম্বগা মনৈ। অকিবা পোকহনবা ঙম্বা থরায় পানবা অমদি পান্দবা পুম্নমকপুস্থু লাই কৌনৈ। মী পোক্লবগী অংোইবা খুৎলাই ওইরিবা মীওইবগী শিন্নুংবুস্থু লাই হায়না মিঙ্গৌই।

মরম অসিদগী মতিক ময়াই লৈরবা মী ওইনা পোকখিবা কৌক্রুবু লাই হায়না কৌবদা কৰিস্থু অরানবা লৈতে। মণিপুরগী মন্নুংদা খ্বাইদগী রাংবা, মখল মখা অয়াম্বা পাম্বী হোবা নুংশিৎ-নুংশা

(হল্লা) গী ফিভম ফবা, মহৌশাগী শক্তম (দৃশ্য) ফজবা, থল্লায় পানব-শিংনা হিংত্নুনা লৈবদা চঙদবা য়াদবা মচাক কয়া শুনা ফংবা মফম অমা থনবা তারবদি কৌক্র চীং অসি অমনি। অম-রোমদা হায়রগা মৈতৈনা নোংমদোন লাইরৈবাক—শরারেন (শলাইলেন) হায়না খঙনবা অমদি থাজনরিবা মফম অদু কৌক্র অসিমকনি হায়না লৌবা য়াই। কৌক্র চীংশাসি কংলৈপুংগী ইহান হান্না মীনা খুন্দাখিবা মফমনি হায়না মৈতৈনা থাজনৈ।

কৌক্র চীংগী চীঙোইরোন (চীং অকোয়বা অদুগী মরোন) হায়বা মতাং অদুদা মসি ফজনা তাকলে। মফম অসিগী চীংশাং নাপোম তরামঙা অসিদা মী, শা, উচেক, উপান; শিংবীনচিংবা পোক্লফম, মৈ, মুংশিৎকী হৌনফম থোকফমনি হায়না তাকলমলে। তরেৎশুবা লোকশাদা শরি নোংথ্রৈ হৌফম ওইবনি হায়রিবসি তাইবং মীগী পোক্লফমনি হায়না অখঙ অহৈগী মত পীরি। অতৈ চীংশাং নাপোম অমদি লোকশাগী মরমদদি মশানা ময়েক শেংনা তাকলমলে।

পুয়া অসিদা রারীগা কোম্বনা য়াওরিবা হরাওবদা শক্লরিবা ঈশৈ খল্লা অমদি সাহিত্যাগী থ্বাইদগী ফজরবা ময়েক চুম্নবা মচাক ঙাক্তনি। ঈশৈ ওইনা শকপা য়ানা লেংবা রাহৈ পরেংবু শৈরেং কৌই হায়বসিমসু পুয়া অসিনা নীংথিরবা খুদম্না তাক-লমলে। ঈশৈশিং অসি শৈরেংগী মওং ঙাক্তনি। ঈশৈশিং অসিগী মরমদা মশানা তাকচরবা রাহম্বোক অমদি করম্না, কনানা শকপা হৌখিবনো হায়বদুমসু ফজনা তাকলমলে। মরম অসিদগী

'ইঙেল্লৈ" কৌবা পুষ্যা অসিনা মৈতৈ সাহিত্যদা মমল নাইত্রবা খুদোল অমা পীরবনি।

---

মরুওইবা ঈশৈশিংদি—

চীংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ
চীম্নদনা কেনখিবা কল্লকই।
(ঐনা কেনগে কেনবরা
মালংবনা হুম্বগী কেনবনে।)
মালংবা ঐস্ত্র কৈদৌদে,
লৈরাংনা লৈখোক লোইবগী কেনবনে।
হৈরাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা
সিবু খোইনা হাউবা হৈদি চিন্দম্বা হৈনিদা।
লনশোনবীগী লমম্লাইদা
মোম্নুনা ম্বারে পোৎথাবা
(ম্বারদনা তৌরবোই মুরা অসে)
শাবী লাউ লাউ
চৎশি লাউ,
কল্লকপা য়াম্মী
কঞ্জাউবা ম্লাম্মী
মাংদা থারো লাউ।

চেক্লা পাইখরবনা
পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা
চেক্লাগী কাইদোংক্ষম খঙদবনা
পোম্বী (ঐ দ) ককঙাওনরে .... ....
চীংমুংগী তমফা লোক্তগী
পাইবিরকলো ইনেমমচা।
ৱাকোল্লো. ৱাকোল্লো,
চীংদগী ৱাকোন্না তমদা পাইগে মহায়রে,
তমদগী ৱাকোন্না চীংদা পাইগে মহায়রে;
ৱাকোন্না কাপ্পা ফিকাপ্পা ৱাকোন কংনোই নোই।

---

## শাম্বা ঙগী ৱারী

লৈস্না কৌবী অসি খোইয়ুম কৌক্র অমদি কৌমু লাইরেম্বীগী মমোমলোইনি। মহাক্না চহি ভরামঙারোম শুরকপা ফাওবসি কৌমুনা মপামদা য়োকখি, মপা পম্হৌ খোইয়ুম কৌক্রবুদি মহাক্না মশক খঙলমদে। মমা ইবেম্মা কৌমুদা, লৈস্নানা মপাগী মশক খঙনিংই হায়বদগী, মাবু পোকপা পম্হৌদি কৌক্রনি হায়না তাকখি।

নোংমা অয়ুক অঙনবদা লৈস্নানা কৌক্রগী মকাই তম্না য়াংদৌ খোঙদোইরক্লুনা কৌক্র চীংগী মতোন য়োৗরক্লে। লোইবী লমশাং

লাকপগী ৱাবনে, কোরেৌ মৈশা লাংথগী চোকথবনে, লাইজ ঈখৌ লাংদুনা লৈস্না ঈশিং থিরকই। অস্তুগা থিরকপদা কৌরু চীংগী মতা কবা থেন অমদা অচৌবা পুখ্রি অমা থেংনরুরে। লৈস্নানা পুখ্রি অদুদা কুমদুনা ঈশিং থক্লুনা ঈখৌ লাংবা কোরুখি।

মতম অদুদা পুখ্রি মস্তুংদা অভিয়া শিদথনা শাইয়োনখিবা লাইয়িংথৌ পাখংবদি লেমলৈ শরেং ওন্দুনা লৈরমলে। পাখংবনা লৈস্না উরুবদা পুক্নিং লৈতারুবদগী মহাক্না খুবোমদা চিকলুরে। মদুদা ঈশিং অদু ঈনা পুমঙাং ঙাংখি। লৈস্নানা অনাবা পোক্লুনা মাবু পোকপা কৌরু কৌদুনা তেংথাদুনা কপ্পকপদা কৌরুনা তারদুনা চোংথোকলক্লে, অদুগা ঈয়োম্নুংদা লৈরিবা লাই অদুবু মাগী মতিকময়াই থংহনগে হায়না শাউনা লাউরকলে।

শরেং ওন্দুনা লৈরম্বা পাখংবস্তু মাগী মতিক ময়াই য়েংলগে নিংদুনা পামেন উশা ওইনা ঈপাকথক্তা তাউখৎলক্লে। কৌরুনা থাঙলেন্দা থাঙগী লাইৱা শোন্দুনা হাইথরকপদা থাঙগী মমিনা উশা মতোন্দা য়ৈবদা উশা অদু মশুং মরি থোক্লা কায়খি। নদুদা পাখংবগী শাইয়োন কায়দুনা ঈয়োম্নুংদগী চোংথৎলক্লে। মহাক্তি পাখংবনে হায়না কৌরুদা থঙহনখি। মহাক্না লৈস্নাবু মুংশি থোয়দারুবদগী চিকলুবনি হায়রবদা কৌরুনা মচা ইবেম্মবু খুজেং পালোইননা পাখংবদা শিন্নখি। পাখংবনা মশা পুন্বা ইশংনা ইশং শংনা শাইয়োন তমলিবা অদু উবদগী কৌরুনা মাগী মমিংবু শংলৈতোন হায়না মিংথোনখি। মহাক্না শাইয়োনখিবা উশা

অদুবুনা উ ওইনা হৌরসনু হায়না কৌক্রুনা হায়খি। উ অদুগী মমিংদি শাম্বা কৌগদবনি হান্নরম্লগা কৌক্রু মাঙখি।

---

## শাম্বা উগী বায়রী

অসুম্না পাখংবগী শাইয়োন্দগী ওইবা উশা অদুনা শাম্বা উ ওইনা হৌখি। শাম্বা উদা শরেং শেম্লগা চারুরবদি চারুবা মী অদু লাইরেন ওল্লি হায়না থাজনবা অমা হৌজিকসু লৈরি। শরেংদি, মশক নাইবা ময়াংলেন ঙাংবা শরেংনি, চুম্নগী শরেং অসিদি নত্তে হায়নৈ। মসিগী মরমদি পাখংবনা শরেং ওইনা শাইয়োন তৌখি, অমুক্না উশা ওইখি, অদুনদি শরেং অদুসু উশা অদুসু পাখংবগী শাইয়োন ঙাক্কনি। অদুগা পাখংবনা লাইরেন ওইনসু ওনবা ঙমই। অদুনা মশাদগী ওনখিবা শরেং মখল অদুবু অতোপ্পা শাইয়োন ওইখিবা শাম্বা উদা শদন থাদুনা শেম্লগা চারুরবদি পাখংবগী অতোপ্পা শাইয়োন লাইরেন ওমগনি হায়না থাজনব ন। মসিদি চাং য়েংবদা লুনা থোক্কনি। চাহৈদে হায়বা অসি খঙনবা চোকশিন্নবা মওংনি। অদুগা পোৎশেমলোনগী মিৎয়েংদা ক্কাওবা ওইরবসু য়াই। শাম্বা পাম্বী উ অদু হিদাক ওইনা মাইবশিংনা শিজিন্নৈ।

---

# নোংমাংখা থাখিবগী বারী

শংলৈতোন পাখংবনা লৈম্নাগা মমোম পোঙ্গেনলৈমগা লোয়ননা চীংভাগী তুথুপ্তা মতম কুইনা লৈরম্মী। নোংমগী মুমিত্তা শংলৈতোম্না মমোম লৈম্নাবু মমাদা শিন্নরম্লগা হৈরাং লৈরাংগী মরূ অমদি চার পুত্নুনা নোংপোক নিংথৌ পাঙ্গনবগী লৈফম নোংলেনচীং (নোংমাইজিং) তম্না চৎখি। চীংখাং য়োর-বদা পাখংবনা পামেন মরূ খরা লৌথোক্লগা লৈপাক তৌথোক্লগা থারে, অদুবু ঈশিং চাইনবদি ফংদ্রে। মতুদা, শংলৈতোম্না মপু মাগী মিংথৈ শোন্দুনা কোরৌথক্তা ওন্দুনা অতিয়া শিদবদা লাইজ ঈশিং নিজরে। শিদবা মপুনা পেনবিরদুনা মিকুপ খরগী মতুংদা থাক লাউবগা লোয়ননা নোংখোং ফুইনা নোং চুহল্লে। পামেন হৌরকলে. মপান মউ ফারে, মপাল শারকলে। মচুদি নোংথৈ্ গুম্না কোরি মচুনি।

শংলৈতোম্না পাম্বী অদুগী মনা অমা হেকলগা শায়দুনা য়েংবদা খারমলে। নোংমাইজিং চীংদা নোংমাইজিং মুমিত্তা পাম্বী অদু থারগা নোংমগী মমুংদা মপান শাখিবা অতিয়া শিদবনা পিনখিবা লাইজ পাম্বীগী মপান মউ ফাহন্দুনা, মপান শাহন্দুনা মপুং ফাহনখিবা অদুগা মনা অদুগী মহাওনা থাবা অদুদগী পাম্বী অদুগী মমিংবু "নোংমাংখা" হায়না থোনখিয়ে।

নোংমাংখা অসি মৈতৈ মাইবশিংনা হিদাক ওইনা শীজিন্নবা মনাশিংসিগী মনুংদা য়াম্না মরূ ওইবা পাম্বী অমনি। ফুৎলগা

মহি অদু খল্লখদি লোকথুংবা, লাইহৌ হৌবা, হকচাং শাগৎপর্দা অথবা হিদাক ওইনৈ। অতে হিদাক কয়াম্থ শেম্বা য়াই।

---

## মশক নাইবা লৈ অনিগী হোরকফম তাকপা

পুয়া অসিদা ক'লৈপুংময়োল, কংলৈপুং, অমদি কংলৈপাক হল্লনা মিঙ্গৌরম্বা, হৌজিক মণিপুর কৌরিবা লৈবাক অসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা মশাক নাইবা মমিং চৎলবা লৈরাং মখল অনিগী হোরকফম ৱারী তাকলমলে। লৈশক অনি অদুদি ইণ্ডৈল্লেগা খোংগম্নৈল্লেগা অসিনে।

---

## ইণ্ডৈল্লেগী ৱারী

মুল্লা ইণ্ডৈল্লে শংলৈতোন লৈস্নাগী অহানবা মমোমনি। কৌক্র লাইরেম্বনা কৌন্নুগী হায়জপোৎ পুবদা হৈনিংগা হৈক্রুগা য়াওনা হৈজিং শুনা পুরক্লবা হায়খিবদা, মরূ ওইবা হৈ অনি অসি য়াওরক্তবদগী কৌন্নুনা য়াদ্দুনা লুহোংখিদে। অদুবু মদুগী মমাংদা লাইরেম্বী-লাইরেম্বা অনিনা ইহান হানবা উনবমক্তদা মুংশি পরৈ থোক্লা হৈরাং লৈরাং চামিন-চিনমিন্নখিবনা কৌন্নুগী খোইজিখাদা লৈরাং লৈছুন তমখি। কৌন্নুনা লুহোংলরোই হায়-রবা অদুদা কৌক্রুনা কৌন্নুগী ৱাফম অদু মম্লাম মমাংদা হায়-দোক্লক্লে। মদু তাবদা লাইয়াম্না অশাওবা পোক্তুনা মখোয়দা

মীনস্বা অচুগীদমক কৌন্নুনা পোকদৌরিবা মমোম অচু হন্নেংমুক্কী মপোক্তা থৌচুনুংগী মথক্তা লৈরাং ওইনা পোক্লো হায়না হায়-দোকপ্রে।

মতুংদা কৌন্নুনা লৈস্না কৌবী মমোম অমা পোকখি। লৈস্নানা কৌক্রুগী লৈফমদা লাকপদা পাখংবনা শাইয়োন ভৌরস্বা শন্নেংনা চিক্কুনা মচুগী চৈনাখোম্না লাউ খোংচুনা কপ্লকপদগী কৌক্রু চোংথোলক্তুনা পাখংববু অশেংবা শক্তম উৎহনখি। কৌক্রুনা পাখংববু শংলৈতোন হায়না মিংথোন পীরগা মমোম লৈস্নাবু থাজখি।

শংলৈতোনগা লৈস্নাগা অনিনা কৌক্রু চীংদা মতম খন্না মুংঙাইনা লৈমিন্নখি। মতমগী মতুংইন্না মখোয় অনিগী মমোম অমা ফংজখি। ইঙেন থাগী থাবুং ফারকপা মতমদা পোকই হায়চুনা মমোম অচুবু ইঙেল্লৈ হায়না মিংথোনখি।

ইঙেল্লৈনা চহি তরা শুরকপা মতমদা, নোংমা শীং চনবা চৎপদা নোংলৈ মুংশিৎনা ইঙেল্লৈবু হুমচুনা পুখিচুনা পুলৈ লোক-চপকী থৌচু নুংথক্তা য়ৈশিন্দুনা, ইঙেল্লৈ তাইবং চেংজেন লোই-চুনা পুন্সি মৈরি মুৎখরে।

পলেম পম্ভৌ অনিনা মচাগী খোঙ্গুল লিরকপদা কৌক্রুগী চীংমায় তরানিথোইদা অচুগা কংলৈ তম্পাক্তা থিরকপবু থিফংদ্রে। লোইদাম থাবুম অহুম শুরক্লবা ফাওবা মমোমগী খোঙ্গুল লীরকপদা ফংখিদে।

নোংমা শংলৈতোনগী মমংদা পাঙ্থোইবীনা ইঙেল্লৈগী শক্তম লৌদুনা লাক্লগা পুলৈ লোকমুংদা নোংলৈ মুংশিংনা চেন্দুনা শিরে হায়দুনা তাকলরে। অদুগা মহাক্তি মকম অদুদা লৈ ওইনা হৌদুনা লৈরগনি ইঙেন থাদা শাৎলগা ইঙেন থাদা কেনগনি হায়নসু হায়রমলে।

পলেম পল্থৌ অনিনা পুলৈ লোকমুংদা মমোমবু কৌরদুনা থিরকপদা অকংবা শরূ মরক্তা ইঙেল্লৈনা লৈরাং ওইনা শাৎলম্বদু থেংনখি। মকম অদু ইঙেল্লোক হায়না কৌখি। অসুম তৌদুনা মুজা ইঙেল্লৈনা লৈরাং ইঙেল্লৈ ওইখিবনি।

শিঙেল ইঙেল্লৈ ইঙেন থাদা শাৎলগা ইঙেন থাদা কেল্লি। মুমিৎ তরেৎনি অমনা মচু ঙৌই অদুগা মুমিৎ তরেৎনি অমনা লৈঙাং মচু মাল্লি। লৈরাংনা শাৎলিঙৈদা কনাগুম্বনা হেকলু-রবদি মুরা ইঙেল্লৈনা মমুং মতম চাদনা অপাম মুংশি খঙদনা মাঙখিবগুম অরাবা ফংগনি হায়না থাজনৈ।

লৈরাং অসি শাৎলিঙৈদা হেকহৈদে হায়না হৌজিক ফাওবা লৌনরি। রাকম অসি পুম্না অসিদা ফঙ্গনা তাক্লি।

---

## খোংগম্লৈম্লৈগী বারী

চীংঙাদা লৈম্নাগা মচানুপী পোঙ্জেনলৈমগা থনমলগা শংলৈ-তোন পাখংবনা নোংমাই চীংজাওদা উ, হৈরাং-লৈরাংনচিংবা

পাম্বী কয়ামরুম থাকই। মতম অত্তুদা লৈস্নাদি অপুনাক্কা খোং-দোইখ্রে, পুন্সি মৈ মুথ্রে। শংলৈতোম্না হল্লকপদা লৈস্নানা লিঙ্গুনা লৈরম্বদু থেংনয়ে। হৌমবী মতুংইন্না লেপ তমদুনা লৈপাক তৌরগী লৈস্নাবু লৈরোম চনখি।

শংলৈতোম্না মহাক্কী লোইনবী তালোই লৈখিদ্রবা অত্তুদা অৱাক্ষৈদ্রাক ফংদুনা পুন্সি লেনখি। নোংমদি লৈস্নাবু নিংশিংলুবদা রুপ্পা কপ্পা নাব্বা মহাকপু লৈরোন চনখিবা মফম অদু তাম্না লাক্লে। মংথোও থিংলম্না থৌদু নুংপাক মথক্কা সনাগী মচু মাল্লবা লৈরাং চরোং অমা শাৎলম্বদু থেংনখি। লৈরাং অদুগী লৈখোক উরুদা কৌব্রুগী চীংদোন্দা অচৌবা পুখ্রিগী ঈরোম্মুংদা পাখংবনা শরেং ওইনা শাইরোনবৈদা লৈস্নাগী খুবোম মতা ফবদা চিকখিবদো শংলৈতোম্না নিংশিংলক্লে। লৈরাং মাগী কোলোইবু লৈস্নাগী খুবোম মাল্লি হায়দুনা খোংগুনলৈ হায়না শংলৈতোম্না মিংথোনখি। হৌজিক্তি মসিবু খোংগম্মেল্লে হায়না কৌনরে। নুং মথক্কা চরোং ওইনা চোম্না শাৎলি হায়দুনা লৈরাং নুংচোমপা হায়নস্থ কৌখি। হৌজিক্তি নোংজুম্বান হায়না মিংথৈখ্রে। সনা মচু মাল্লি হায়দুনা লৈস্না হায়নস্থ মিংথৈখ্রে। লৈরাং অসিবু শিংথাবদা অস্থম্না হায়নরে।

"মেল্লে লৈস্না নোংজুম্বান
কাদাম্বদি লৈম্মুংশি"

মখাদা খ্বাইরাকপম চাউবগী শৈরেংদা অমুক হায়রি -

"লৈরাং লৈশক খংদনা
মাংগদৌবা পাম্মুইদা"

হৌজিক্তি পুয়া অসিনা লৈরাং অসিগী হৌরককম অমদি মশক অদু শেংনা তাকসমলে হায়না লৌবা তারে।

শংলৈতোম্না লৈরাং অদুবু কোল্লগা শাইয়োন ভল্লগে নিংদুনা শীঙেননাক্তা য়াহিপ তমল্লক্লে। মতম অদুদা মযোম পোঞ্জেনলৈমনা থোক্লক্তুনা মপাগী মতৌ অদু উবদা অৱাবা ফোংদোকখি। শংলৈ-তোম্না পাউতাক কয়া পীরম্মী। মদুদা খোংগুনলৈ লৈরাংগী তুংদা ওইরক্কদৌবা ৱারীসু তাক্লম্মী। লৈ অদু মোইরাং থাংজীং চীংজাওগী পামেন উকা খুদিংদা থাননবা পোঞ্জেনলৈমদা শিন্নরম্মী অদুগা মোইরাং থাংজিংগী অচানবা মনাই অমনা থিরক্কনি, মদুদা পোঞ্জেন-লৈমনা লৈরাং অদুবু মশক তাকপিরম্মু হায়নসু পাওমেন্নখি।

---

## লাই হরাওবদা শক্করিবা ঈশৈ অমদি ইণ্ডেল্লৈ

মৈতৈগী লাই হরাওবদা ঈশৈ ওইনা শক্কবা শৈরেং খরা অসি মরুওইনা ইণ্ডেল্লৈ কৌবা ৱারেং অমদি শৈরেং অসিদা য়াও-রিবা ৱারীনা মনুং অমদি মপানগী ৱারী অমদি ৱাহম্থোক ফজনা মম্নেক শেংনা উৎলমলে।

চীংদা শাৎপা ( শাৎপী ) ইণ্ডেল্লৈ
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই,
( ঐনা কেনগে কেনবরা
মালংবনা হুম্বগী কেনবনে।)
মালংবা ঐসু কৈদৌদে
লৈরাংনা লৈখোক লোইবগী কেনবনে।

মথক্কী শৈরেং অসি লাই হয়াওবদা শক্লরিবা সাহিত্যগী মিৎয়েংদনা শৈরেংগী মওং অমদা ফজরিবা অর্থ য়াম্না ফোংদোক্লিবা অসি মৈতৈ সাহিত্যদা অচৌবা খুদোন অমনি।

লৈস্নানা, মযোম ইঙেল্লৈনা মমুং মতম চাদনা লৈখিদবা অদ্‌বু থাদ্‌না শকখিবা তেংথারোম্নি। মুরা ইঙেল্লৈ শংলৈভোন-লৈস্নাগী ইহান হান্না পোকচবা মমোমনি। মহাক্না চহি তরা শুরকপা মতমদা নোংলৈ মুংশিৎ অকনবনা চেন্দুনা পুলৈ লোক্কী লোকমুংদা নুংপাক্তা ফুজিন্দুনা য়াইবী মাঙখি। মুরা ইঙেল্লৈনা লৈরাং ইঙেল্লৈ ওইনা শাৎখিবনি।

মুরা ইঙেল্লৈ ইঙেন থাদা মালেমদা খোঙদাখি। শীঙেল ইঙেল্লৈস্‌ ইঙেন থাদা মালেমদা লৈশাৎ তমখি। শীঙেল ইঙেল্লৈবু ইঙেন থাদা শাৎলগা ইঙেন থাদা কেল্লি। মুরা ইঙেল্লৈ মমুং মতম চাদনা খাংঙ্‌থক্তা অপাম মুংশি মশক খঙদনা মাঙখিবগুম, লৈরাং ইঙেল্লৈ চীংদা শাৎলগা মীনা হেকলুবা চিন্নরুবা লৈতনা কেনখি। মুরা ইঙেল্লৈনা মপুং-মরৈ ফারকপদা মপা লৈতনা ফজখি। অদ্‌না মহাক্না মমুং মতম চাদনা লৈখিদববু লৈস্নানা পাম্মুই অদ্‌না কল্লকই হায়বনি। মুরাবু লৈগী পান্দম ওইরগা, শিখিবদ্‌না কেনবনি হায়না লৌদ্‌না তেংথা ঈশৈ অসি শকপনি। অমরোমদা চীংদদা শাৎকনবা মৈরাং ইঙেল্লৈ হেকলুবা কিবদগী মীনা হেক্কুনা চিন্নদনা অদ্‌ম্মক কেল্লি, মদ্‌বুস্‌ পাম্মুনিংঙাই কল্লকনিংঙাই অদ্‌ম্মক মওই।

মুন্না ইঙেল্লৈ নোংলৈ মুংশিংনা হুমদ্না পুথিবদগী য়াইবী মাঙখিবনি। অদ্দা লৈম্নানা মালংববু "থাজদেদা মালংবা" মহাক্না মন্নম ওইদ্না মযোম্বু মতম চাদনা মাঙহনখিবনি হায়না তেংথাখি।

মতম অদ্দা পাম্ঙোইবীনা মশক উহন্দনা ঈশৈ ওইনা খুমখি, মালংবনা হুম্বদগী কেনবা নস্তে ইঙেল্লৈনা লৈখিদবদ্ মুংশিংনা হুম্বদগী নস্তে, লৈরাংনা লৈখোক লোয়বদগী মহাকী চেংজেন লোইবদগী কেনবনি (শিখিবনি)।

মতাং অসিগা মরি লৈননা হৌজিকমক লাই হরাওবদা শক্লিবা ঈশৈদা য়াওরিবা "এনা কোমগে কেনবরা? মালংবনা হুম্বগী কেনবনি," হায়বা পরেং অসিমদি ইঙেল্লৈনা খুমলকপগী মওংদা, মালংবনা মহাকপু হুমদুন পুথ্রগা নুঙপাক্তা য়ৈশিন্দুনা শিখিবা অদু নিংশিংবগী মওংদা কনাগুম্বা অশৈবা অমনা ক্যেন্না হাপচিন-খিবা ওইরবস্বা তাই। মতাং অসিমদি পুয়াদদি পল্লমদ্রে।

শৈশক অসি মতুংদা থোকপা থৌদোক অতৈদস্থু শিজিন্নখ্রে। মশক মতৌ চঙখোল্লবী ইঙেল্লৈনা মনুং মতম চাদনা থাঙঙ্থক্তা শিখিবগুম্না কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমনা মনুং মতম চাদনা শিখিবা মতমদস্থু "চীংদা শাৎপা ইঙেল্লৈ চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই" হায়না প্রমাণ তৌনবা ৱান্নী অতৈস্থ লৈরি অমদি লৈরমখিগনি। পুয়া অসিদি প্রমাণ অসিগী হৌরকফম তাক্লম্লে।

"হৈরাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা (হৈনিনা), শিবু থোইনা হাউবা হৈদি চিন্দম্বা হৈনিদা॥" শৈরেং অসি লাই হরাওবগী

ঈশৈ মতেক অমনি। পোঞ্জেনলৈমনা মাবু পোকপী পলেমনা অরোইবা য়াহিপ তানখিদুনা খাংপোক মনুংদা অঙোবা লোংনা তাদুনা লৈবা মতমদা হায়খিব অরা-তেংথাবা তেংথারোন অর্মান।

লৈস্নানা য়াইবী থরাই থাগ্রবদা শংলৈতোন্না হৌনবী মতুংইন্না শুমাংগী চীদাইদা খাপোকশঙ অমা শারগা, লৈস্নাবু ফিজেৎ লৈতেং-বিদুনা, খাংচেৎ মচি-লাং, শংলেন-নুংদা চংবী লারাকথক্তা অঙোবা লোংনা য়াতাহনখি। মুমিদাংরাইগী ঙাঙ্গাংনবা মচুনা লৈতেংবা মতমদা কোরৌ মাগী মশেক্না শংলেম্নুংদা য়াহিপলিবী লৈস্নাগী থরাই য়াওদ্রবা হকচাংদা য়ৈবদা তনিক তনিক ফজখি।

মতৌ অদু উবদা পোঞ্জেনলৈমা মমোম্না অঙাং ওইরিঙৈদা পলেমগী খোম্লাং থকখিবা, অমদি হৈরাং অহাওবা কয়া পীজখিবদু নিংশিংলব্রে। থোইদোক্না হৈরাংখোই কৌবা হৈ অদুবু মমানা পীজখিবা, অদুগা মহারুস্থু য়াম্না পামজবা হৈরাং ওইখি।

পলেম মানদি থরাই য়াওদনা লৈবা অদুদা পলেমগী খোম্লাং অদু অমুক হন্না থকচবা ফংলরোই অমদি অহাওবা হৈরাং পীজব-দুস্থু চাবা ফংলরোই খল্লুবদা পোঞ্জেনলৈমগী অরাবা ঙমখৈ লৈখিদে, মীৎলু নাপোম অনিদা তরংগী লাইজ শিন্থদুনা, শঙ্গায়ংসুদগী থো-রক্লগা মমাবু কোন্দুনা পলেমগী খোম্লাং চুপ্পুনা হিক্না হিক্না কপচখি। কপ্পা কপ্পা তেংথা ঈশৈ ওইনা "হৈরাং খোইনিদা চানবা হৈনিদা" হায়বা শৈশকখিবনি। তেংথারোন অসিগা শৈগোম্নবা "হাউবনিদা পলেমগী খোম্লাংদো, হাউবনি'দকো ইমানা পীজবা হৈরাংখোই" হায়বা শৈরেং অসিনা মথক্তী রাহৈশিং অসিগী মপুং ফাবা

য়াইহুঃত্বী লংলা লংজিন পীরমলে। হৈরাংখোই কৌবা হৈ অত্তুবু, মমানা পোঙ্জেন লৈমদা পীজখিবনি, মত্তু য়াম্না হাউখি। মমানা খোম্লাংস অঙাং নাৱা ওইরিবৈদা পীথকখি, মত্তুবু য়াম্না হাউখি। হৈরাংখোইগী মহাওদগীদি খোম্লাংগী মহাওনা হেনখি।

হৈরাংখোইগা খোম্লাংগা মশক হায়ফেৎস্নু মাম্নৈ। হৈরাং-খোইদি চাননবা হৈ অমনি। খোম্লাংদি নাৱাগী থৱাই হিংননবা থক্লনবা হকচাংগী কায়াৎনি। অত্তুমকপু অমনা চীম্না চাবনি, অমনা চীম্না চুপ্পনি। মরম অত্তুনা হৈরাংখোই অমদি খোম্লাং চাননবা হৈগী মশক ঙাক্লনি। অনিগী মহাও য়েংনবদা নাৱানা ইহান হাম্না শিন্দম্বা চীনগা থেংনখিবদি মমাগী খোম্লাংনা মহাও হেল্লি। মরম অত্তুদগী খোম্লাংবু হৈরাংখোইদগী হেন্না হাওবা চিন্দম্বা হৈ হায়না লৌবনি।

"লনশোনবীগী লময়াইদা
মোম্নুনা য়ারে পোত্থাবা,
('য়ারদনা তৌরবোই মুরা অসে,
চেংপোৎ মোনথাংনরে।')
শাবি লাউ লাউ
চৎসি লাউ,
কল্লকপা য়াম্মী
কঞ্জাওবা য়াম্মী
মাঙদা থারো লাউ।"

মতাং অসিনা শংলৈতোম্না, লৈম্নানা থাংপোকশঙ মম্নুংদা চেংপোৎ মোনথাংনত্তুনা লৈরিবৈদা, তেংথাখিবা শৈশকনি।

লৈস্নাগী য়াইবী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদুবু শংলেম্নংদা চংবী লায়াকথক্তা য়াতাহল্লগা চান-থক্লবা শুনা লাওডুনা, শেনখাউ হাপচিল্লে অমদি চেংগী চেংপোৎতা শংলৈতেম্না লৈস্নাবু মোনথাং-হনখি। মতম অদুদা লৈস্নাগী ৱাখল খল্লুবদা অৱাবা মৈচাক্লা ঙাওরবা শংলৈতোনগী পুক্লিংদা মমাংঙৈদা লৈস্নানা হিংলিঙৈগী ৱাফম অমা নীংশিংলক্লে। নোংমগী সুমিত্তা লৈস্নানা কৈথেন্দগী চেংপোৎ পুডুনা য়ুমলে'মদা হল্লকপদা লমশোনবী কৌবা মফম অদুগী ময়ায় য়ৌরকপদা, চেংপোৎ পুদ্না শাংনা চৎলকপদগী চোকথরডুনা অৱাবা পোত্থাবা ওইনা মতম খরা পোত্থাখি। লৈস্নানা চেংপোৎ অদ্দা মোন খাওডুনা হিপ্না পোত্থারিঙৈদা শংলৈতোম্না থেংনখি। লৈস্নানা হিংলিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক অদু নীংশিলুরগা, মতম অদুদা থৱায় য়াওদ্রবা লৈস্নানা অশিবগী থৌরম মতুংইন্না চেংপোৎ মোনথাংনহন্দুনা থাংপোকনুংদা লৈরিবা অদুবু উরুরগা শংলৈতোন্দি অৱাবগী মৈচাক্লা লৈস্না শিরে হায়বডু কাউখিডুনা হিংলিবনি, ৱাডুনা পোত্থারিমাল্লে খল্লুরে।

মরম অদুনা থৱায় য়াওদ্রবা লৈস্নাগী খুজেং পাল্লোইডুনা কপ্না কপ্না শৈশকখি—"শাবী লাউ লাউ. চৎসি লাউ।"

মশাবীগী মশক মতৌ. শাবান ফজবা অদু কনাগুম্বনা উরবদি কল্লকপা কঙ্গাওবা শোয়দনা পোকনি, মপু পাল্লি কাউখিগনি, শংলৈতোনগী মাঙদা থাডুনা চৎলো লাউ হায়বনি। মশাবীবু মপু পাল্লি খঙহনবগা লোয়ননা, ঙাকশেন্দুনা শংলৈতোম্না তুংদা চৎলগা কল্লকপা কঙ্গাওবশিংগী মমাংদা মুপা ওইবগী চাউথোকচবা নাপল

উৎনীংবা অদুবু শৈশক অসিনা কোংদোক্লি। অসিগুম্লবা শং-লৈভোনগী তেংথা শৈশক অসিবু হৌজিক ফাওবা লাইহরাওবদা শরুরি।

মতাং অসিদা মতুংদা লাকপা অশৈবশিংনা ব্রাহৈ খরা হাপ-চিনখিবগী মওং অমস্থ ফংই। হৌজিক শরুরিবা শৈরোন্দি—

"লমশোনবীগী লময়াইদা
মোম্মূনা ব্রারে পোত্থাবা,
—(মুংশিগী লমদম ম্লেংখিবদা,
পামুগী মায়কৈ তামহৌরে।
মমাং লৈকাই থুম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইম্লে খোইরাবা)—
শাবী লাউ লাউ. চৎসি লাউ
মাঙদা থারো লাউ,
কল্লকপা য়াম্মী কঞ্জাওবা য়াম্মী,
মাঙদা থারো লাউ।"

অস্থুম্মা ব্রাহৈ খরা হাপতুনা শৈশরুরি। অদুমকপু থাইনগী ইচেল অদুবুদি কায়হস্ত্রি।

"চেক্লা পাইখরবনা
পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা,
চেক্লাগী কাইদোংফম লৈত্রত্নুনা
পোম্বী (ঐদি) ককঙাওনরে।... ...
চীংমুংগী তম্ফা লোক্তগী
পাইবিরক্লো ইনেমমচা।"

শৈশক অসিমস্থ শংলৈতোনগী ভেংথারোম্নি। লৈস্নাগী অশিবা হকচাং অদু লৈরোন চন্দুনা ফুমজিনখি অদুগা থৌদুনুংপাক্লা মংথোঙ থিংজিনখি।

মথংগী মুমিত্তা, মুংদাংব্রাইরমগী মতমদা শংলৈতোম্না অব্রা মৈচাক্লা লোয়ননা নম্বুল খোংবান্দা চথোকলকই। মতম অদুদা নম্বুল তুরেনগী তোর্ববান্দা হৌবা, উচেক ব্রায়াশিংগী য়ারেক্লফম ওইরম্বা অচৌবা হৈবোং পাম্বীগী মতোন অদু মুংশিৎনা থুদেক্লম্বদু থেংনখি। মুমিৎ তারক্লবা ফাওবা শংলৈতোন্দি লৈস্নাগী কায়নমৈচাক্লা কনখিবনা নোংমদোন থক্তা য়েংলগা মুরা মাবু কৌদুনা ভেংথাদুনা অদুম্মক লৈখি।

মতম অদুদা অরাপ্পদা চাক্তারুবা পোম্বী চেক্লাশিং অদুনা অহিং য়ারেকপা মতম ওইরক্লদুনা মখোয়গী কাইদোংফম পামেল তম্না পাইরকপদদি হৈবোং মতোন অদু মুংশিৎনা থুদেকলম্বদুদা কাইদোংফম লৈতদুনা কোয়পাই পাইদুনা লৈখি।

মদু উরুবদগী শংলৈতোম্না ব্রাফম অমা থক্লকই। মহাক্লা মতম থরা নোংমাইজিংদা হৈরাং লৈরাং থারুবা অদুগা চেক্লাশিং অদুনা অয়ুক মুংথিন্দা চিঙ্গাক থিবা চাকতাবা কোয়না পাইরুবা অদুগা পান্দম্লখি।

শংলৈতোম্না মহাক্কী মময়ুদা হল্লকপদা মহাক্কী কাইদোংফম ওইরম্বী লৈস্নাদি য়াইবী থব্রায় থারমদুনা কাইদোংফম থঙদনা ঙাওদুনা লৈবগুম, পোম্বী চেক্লাশিং অদুস্থ মখোয়গী কাইদোংফম

উপাল অর্তুনা তেক্লম্বা অতুদা তোংকম লৈতর্তুনা কোইপাই পাই-রিবা অতুগা পাংখক ওইনা লৌখি ।

অস্তুম্না খল্লবদগী শংলৈতোম্না কপ্না কপ্না শকখি, "চেক্লা পাইখরবনা, পোম্বী হজিল্লকপদা, চেক্লাগী কাইদোংফম লৈত্রদ্রুনা পোম্বী এৗদি ককঙাওনরে।"

মফম অসিদা চেক্লা অমদি পোম্বী অনিমক মশা অমত্তনি উচেকপু খঙনৈ অদুগা শংলৈতোন মশামক পোম্বী নত্রগা চেক্লাগা পাংখক ওইনম্নু লৌই। চেক্লা পাইখরবনা হায়বসি শংলৈতোম্না নোংমাই-জিংদা চৎলুবা অদুনি, পোম্বী হজিল্লকপদা হ য়বসিনা শংলৈতোম্না ময়ুমদা অমুক হজিল্লকপা অদুবুনি । চেক্লাগী কাইদোংফম লৈত্রদুনা হায়বসিনা শংলৈতোনগী কাইদোংফম ওইরম্বী লৈস্নানা থন্নাই থারদুনা লৈরম্বা অদুবুনি। হৈবোং মতোন তেকলমদুনা পোম্বী চেক্লাশিং অদুনা কাইদোংফম লৈতদুনা কোইপাই পাইদুনা লৈবগুম শংলৈতোনস্নু মশাবী কায়নবা মৈচাক্না কবঙাওনরদুনা লৈখি।

চহি তরেৎলোমগী মতুংদা শংলৈতোম্না লৈস্নাগী মংখোং থিংলম্বা মুংপাকথক্তা থোংগনলে শাৎলম্বা থেংনখি। নোংমদি লৈস্নাগা কৌক্র চীংগী লোকমাই অমদি লোরুংদা শীংজবদা হৈরাং লৈরাং শেংনখাইনা শংলৈতোনগা চামিন্নখিবা, অহিংদা ইপাকথক্তা হ হোনমিন্নখিবা পুন্নমক অতু শংলৈতোম্না মথং মথং নিংশিংলুরগা নিংঙম্দবা মৈচাক্না শৈশকখি, "চীংঙুংগী তম্ফা লোক্তগী পাইথিরকলো ইনৈম্মচা।"

ইনেম্মচা হায়বদি ইনেমগী মচা হায়বনি। শংলৈতোনগী মনেমগী মচা হায়বসি লৈস্নাবুনি। মতাং অসিদদি শংলৈতোন্না উচেক্কা পাংথক ওইনা লৌথিবা অদুনা মহাক্কী চান্নবী ওইরম্বী লৈস্নাবুস্থ উচেক ওইনা লৌরগা চীংন্মুংগী তম্ফা লোক কৌবদি কৌক্রুগী লোক্তগী পাইরকলো, পোম্বীগুম চীল্লোক্লসি, চেক্লাগুম চীন্দিন্নসি হায়না তেংথাখিবা অদু তাকপনি। পুন্না অসিদা, "চেক্লা পাইখরবনা পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা" হায়বা তেংথারোল অসিগী অরোইবগা "চীংন্মুংগী তম্ফা লোক্তগী" হায়বসিগা মান্নবা লৈতে ; তোঙান তোঙান্না লৈ।

হৌজিক শক্লরিবা শৈশক্তি অনি অসি শমজিন্নৈ অদুগা ন্নাহৈগী লৈফমস্থ খন্না হোংদোক হোংজিন তৌরে। মওংদি—

'চেক্লা পাইখরবনা, পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা,
চেক্লাগী কাইদোংফম খণ্ডদবনা
পোম্বী ককণ্ডাওনরেদো,
শাবী ইনেম্মচা পামুবী
চীংন্মুংগী সনা লোক্তগী পাইবিরকলো — দে।''

অদুমকপু মন্মুংগী ইচেন্দদি থোইনা কায়নদে, ন্নামনস্থ করিস্থ চেন্নদে।

"ন্নাকোল্লো, ন্নাকোল্লো,
চীংদগী ন্নাকোন্না, তমদা পাইগে মহায়রে,
তমদগী ন্নাকোন্না, চীংদা পাইগে মহায়রে,
ন্নাকোন্না কাপ্পা ফিকাপ্পা, ন্নাকোন কংনোয় নোর।"

মতাং অসিমন্ত লৈম্নাবু নিংশিংলুরগা শংলৈতোন্না তেংথা-নাঁওই ওইনা শৈশকখিবনি। অদুগা মসিগী অহৌবদা "চৌংমুংগী তম্ফা লোক্তগী পাইবিরকলো, ইনেম্মচা" হায়বসি লৈ।

শৈরেং অসিদা "রাকোন" হায়বা রাহৈ অসিগী অশেংবা মশক খণ্ডননবা লংলা লংজিন ময়েক শেংনা পীরমদ্রে। অদুমকপু শৈরেং অসিগী মওংনা "রাকোন" হায়বসি উচেক মখল অমনি হায়বসিদি তাকলে। চৌংদগী রাকোন্না তমদা পাইগে তমদগী রাকোন্না চৌংদা পাইগে হায়—হায়রবনিনা রাকোন হায়বসি উচেক অমনি হায়বসি শোয়দনা ওইগনি।

শংলৈতোন পাখংবা, তম্পাক ওইরিবা কংলৈপুংদা লৈরম্বনি অতগা লৈস্নানা কৌক্রু চৌংদা লৈরম্বী খোইয়ুম কৌক্রু অমদি কৌম্বু লাইরেম্বীগী মমোমনি।

অদুনদি তমগী রাকোন্না শংলৈতোন, চৌংগী রাকোন্না লৈস্না ওইফম থোকলে। তমদা লৈবা শংলৈতোন্না চৌংদা চৎনীংই অদুগা চৌংদা লৈরম্বা লৈস্নানা তমদা চৎনীংই। মখোয় অনিনা লৈপুন ওইখিবা অদুনা চৌংগী রাকোনগা তমগী রাকোনগা অনি তিন্নখি। "কংনোয় নোয়, রাকোন্না কাপ্পা ফিকাপ্পা" হায়রিবা রাফমশিং অসিনা তাকপদি রাকোন লাবগা অমোমগা অনিনা মফি—কাপথোকপগুম্না, মশা ফন্দোক্তুনা জগোই শাই, হায়না লৌবা ম্নাই। জগোই অদ্‌দি কংনা নোয় হায়বসিদা অরুবা মনুংগী রাফম অমা ফুমদুনা লৈরে। জগোই অদু ইকং কংই, ফজদে

হায়রিব্রা নত্রগা জগোই অদুদা উচেক অনিগী চীল্লোক্লবচ্ছু মশা শোক্লদবগী ব্রাফমলা অমা ফোংদোকলি।

মথক্কী ব্রাফম্না তাকপদি শংলৈতোন্না লৈস্নাগা লোয়ননা কৌক্রু চীংদা লৈমিন্নব্রিঙৈদা শীং থিবা চৎপদা হৈরাং-লৈরাং শেৎনা খাইনা চামিন্নখিবা, হি তোংমিন্নখিবা নিংশিংখি হায়বসিনা— শংলৈতোন্না লৈস্না শিগ্রবা মতমদদি অদুগুম্বা হৈরাং লৈরাং চামিন-চিনমিন্নবা ফংদবা অদুদা তেংথা ঈশৈ অসি শকখিবনিনা, ব্রাকোনগী জগোই মপুং ফাদবগী ব্রাখন্না খরা হেন্না চুমগনি।

অমরোমদনা ব্রাহোং লাবা অমোমদি কেন-নৌনবদা মশা শম্নদে, জগোইতমক শানৈ অদুগা লাবনা পীরকপা মালেমথক্তা তারকপা ফম্বী মরূবু অমোম্না চায় হায়বা ব্রাফম অসি নিংশিং-লুরগা, ব্রাকোন হায়রিবসি থাইনা ব্রাহোং অসিবু খঙনরম্বা য়াই হায়না লৌরে। ব্রাহোং লাবা অমোমদি মশা শোক্লদনা কংনা নোয়নরগা তোকই।

অদুগুম্না হিংলিবা শংলৈতোন্না মীওইবগী মপোক লোইগ্রবী লৈস্নাগা হৈরাং-লৈরাং শেৎনা খাইনা চান্নমিন্ননী ঙকপ। মতমদা ব্রাহোং লাবনা মরম্নাই কংনা শগোই (জগোই) শাবগুম শংলৈ-তোনসু শাবা তারেদে। হায়না অরা তেংথাবনি। মসিনা হেন্না মস্কুংগী ব্রাখল ফজনা ফোংদোকলে।

---

# অরোইবা ৱারোল খরদং

"ইঙেল্লৈ" কৌবা পুয়া অসিদা লাই হরাওবদসু ঊশৈ ওইনা শরুবা অদুগা পাম্বৈ-পাউরৌ ওইনসু শিজিন্নবা লিরবা শৈরেং খরগী মরমদা ৱারীগা কোম্নবা অসুক ফজনা তাকপগুম অতৈ পুয়াদদি থেংনদে। মরম অসিদগী পুয়া অসি সাহিত্যগী মিৎয়েংদা পুক্নিং হূনা ফজরবা, মচাক লৈবা অমদি মগুণ চেল্লবা লাইরিক অমনি হায়না লৌজনীংই।

পুয়া অতৈদা ফংবগুম্বা—শান্তিদাসনা মণিপুর হায়না ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু থোনদ্রিঙৈগী মমাঙদা হান্নদি কংলৈপুং, কংলৈপুং ময়োল, কংলৈপাক কৌরম্বনি হায়বসিমসু পুয়া অসিদা ময়েক শেংনা য়াওরে।

নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাঙদা মৈতৈনা শিরগা চৎনরিবা পোৎলোইবগী মখল মরিগী মনুংদা লৈরিবা লৈনুংদা ফুম্বগী পথাপ অসি চৎনরম্মী হায়বা অসিমসু পুয়া অসিনা তাক্লে। শিরগা শঙ থনবা, শঙ মনুংদা অশিবা অদুবু চংবী লরাক মথক্তা লোংনা হিপহন্দুনা থম্বা, অশিবগী চান-থরুবা লাঙদুনা হাপ্লা, খুয়াশেন, লুখুমশেন হাপ্লা চেংপোৎ মোনখাংনহনবা অসিসু মতম অদুদগী হৌনা চৎনরকপনি হায়বসি তাক্লে।

পুয়া অসি কনানা ইরম্বনো হায়বদু তাক্লমদ্রে, অদুগা করম্বা মতমদা ইরম্বনো হায়বদুসু খঙদ্রে। অদুগা, থোকখ্রিবা ৱারী অসিদি নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাঙদা মাগী শাইয়োন ওইরককদৌবা শংলৈতোন পাখংবগী ৱারীনি হায়না মশানা তাক্লবনিনা মসি চাহি লিশিং অনীগী মমাঙগী ৱারীনি।

কংলৈপুংদা ফংবা হৈ পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী কান্নবা মরুওইবা হৈ অনীখক্তি হৈ কুলু ( হৈ + গুরু ) অমদি হৈনিং (হৈ + নিং) নি হায়বসিমস্তু পুয়া অসিগী ৱারীনা তাক্লে। হৈ পুম্নমক্তী মকোক হৈক্রুনি, হৌজিক ফাওবা হৈ অতৈবুদি হি তোংহন্দ্রগা হৈক্রু তবু তোংহল্লিবা অসিনি। হৈ পুম্নমক্তী মনিং ( অরোইবা ) হৈনিংনি। হৈ অনী অসি হকচাংদা য়াম্না কান্নবা হৈ ঙাক্তনি। হৈক্রুদা য়োৎকী শরূক য়াওই, হৈক্রু অমগা কোমলা অহুমগী মগুণগা মান্নে হায়বসি মাইবশিংগী ৱানি। হৈক্রুদগী মখল মখা অয়াম্বা হিদাক শাবা য়াই, অদুগা পোক ফনবগী থাউ ওইনস্তু অমলা-থাউ তৈনরি। হৈক্রু অকংবগী মকুপকা থাউ অহিংবগা তোৎনবগা তৈবদা পোক হোবা ফে হায়নৈ। হৈনিং মকু অসি অকবা হিদাক ওইনা শিজিন্নে। হৈ অনী অসি লুহোংবগী হায়জপোৎ পুবদা ৱাৎহৈদে হায়রিবসি-মক্না হৈ অনী অসিগী কান্নবা অদু তাক্লম্বনি।

কৌন্নুগী হায়জপোৎ পুবদা হৈ অনী অসি য়াওরক্তবদগী কৌক্র কৌন্নুগী লৈপুন মীয়াম মমাঙদা ওইনখিদে হায়বদু ৱারী অসিনা তাক্লে।

মৈতৈগী মতিক ময়াই লৈবশিংদি তুংদা থোক্লগদোবা অদু হান্না খঙই অদুগা মপোক লাঙোনস্তু খঙই হায়বদুমস্তু তাকলম্লে।

শংলৈতোন পাখংবনা নোংদা লাইরেন পাখংবা ওইনা অদুগা লৈস্নানা লুৱাং শলাইলক্তা পোক্লগা মখোয় অনীনা কংলৈপুংদা নিংথৌরেন-লৈমরেন ওইরগনি হায়বসি মমোম পোক্তেন লৈমদা শংলৈতোম্না থুপলমদাইদা তাক্লম্মী। অদুমক মতুংদা অদুম থোকখি।

খোংগোনলৈ হৌজিক্লা খোংগম্মেল্লৈ হায়না খঙনরিবা লৈ অসি মোইরাং থাংজিংগী মনাই অমনা থাংজিং চৌংজাও কাদুনা থিরক্লনি অদুনা পোজ্রেন লৈমনা থাংজিং চৌংজাওগী উকা খুদিংদা থারম্মু হায়নম্ম শংলৈতোল্লা মমোমগী মফমদা শিন্নরম্মী। মৈল্লে-লৈস্না সুংজুমপান, কাতাম্বদি লৈনুংশি কৌদুনা শিংথানরিবা খোংগম্মেল্লে, খম্বনা থাংজিং লাইগী লৈ কৎনবা থাংজিং চৌংদা থিখি হায়বসি ৱারীনরি।

পুয়া অসিদা য়াওরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী লেঙকত্রবা মচাক ওইরিবা ফজনা পুক্লিংহূরবা শৈরেংশিং অসিবু কংলৈপুং অসিদা মৈনা ৱায়না, তাঙনা, শম্না, চৎনরক্লবা, মালেম ফাওনা মমিং চৎলবা মৈতৈ অনোয়রোন ( জগোই ) গী য়ুম্ফম ওইরিবা, লাই হরাওবা কৌবা থৌরমদা শৈশক্লরিবা অসিনা, ইঙেল্লৈ কৌবা পুয়ানা, সাহিত্যদা অনৌবা য়াকায় অমা পীবগা লোয়নননা, তেল্লবা শৈরেং খরসিদা শাংলবা ৱারী কয়াবু লোন্তুনা লৈহনবা ঙম্বা শৈরেংগী মগুণবু মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা নোহোননা ফাওহনবা ঙম্লগনি। সুরা লাইস্নানা লৈরাং লৈস্না ওইখিবা, সুরা ইঙেল্লৈনা লৈরাং ইঙেল্লৈ ওইখিবা শিঙেল লৈরাং অনীগী ৱারীনা মপুং ওইবা ইঙেল্লৈ শৈরেং পুয়ানি।

মশাবী শংলৈতোল্লা লৈস্না কায়নবগী মৈচাক্লা অঙাওবগী পান্দমগুম ৱানা মতম লেনখিবা, লৈস্না লৈরাং কোন্দুনা অরোইবা য়াহিপ তানখিবা, লৈস্না কৌবা লৈবাংনা কংলৈপুংদা শাৎলিব-মখৈদি লৈস্না-শংলৈতোনগী সুংশি ৱারীদি মুৎলরোই—

কোলোই মিংলেন মান্নবী
লৈরাং পান্দম ওইখিবী
লৈস্না মাগী মৈচান্না
শিঙেন পুমচোৎ চোৎনবু
মিৎল্লু শিরাং শিল্লনা
শিঙেললক্তা য়াহিপ তমখিবা,
অমং য়াইথোঙ কুমখিবা
মুংশি মশুং লাংগীদি
কনা য়াওখি মালেমদা ?
শংলৈস্তোক্লি নত্তবা।
অদুগা. চীংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ।
চিন্নদনা কেমখীবগুম,
কল্লকইদা শোম্নরোইদো,
তর্মদা শাৎপী ইঙেল্লৈ,
সাহিত্য লাইশঙ ঙাম্নরৈ,
তোমাথন শাৎপী শীংঙোক্দ
কংলৈপুংগী ময়োন্দা ;
পোঙ্গেনলৈমা মশাইগোন
পলেম লৈস্না তুংইন্না
পন্থৌ শংলৈতোন থাগোম্না
শাৎহেলোয়গনি ঙসিদি।

---

লোইরবা

# অরানবা চুমথোকপা

| | | | | | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | লামায় | ১৪ | পরেং | ৬ | চঙংরৌ | চঙখরে |
| ২। | " | ২১ | " | ৭ | পোঞ্জেম | পোঞ্জেল |
| ৩। | " | ২২ | " | ৪ | অমা অমা | অমা |
| ৪। | " | ২৪ | " | ২ | খংলগা | চংলগা |
| ৫। | " | ২৪ | " | ৫ | চীংখাঙ | চীংখোং |
| ৬। | " | ২৫ | " | ৯ | নোংমানখা | নোংমাংখা |
| ৭। | " | ৩৬ | " | ১০ | অঙথেবদা | অথেঙবদা |
| ৮। | " | ৩৭ | " | ২১ | শরি | চারি |
| ৯। | " | ৪৪ | " | ৩ | লৈস্নাবু | পোঞ্জেনবু |
| ১০। | " | ৪৭ | হেডিংদা | | খোংগন্মৈলৈগী | খোঙন্মৈলৈগী |
| ১১। | " | ৪৮ | " | ৭ | নাৱা | মুরা |
| ১২। | " | ৫০ | " | ১৯ | লৈরাং | লৈরাং |
| ১৩। | " | ৫১ | " | ১০ | কোনগে | ক্নেনগে |
| ১৪। | " | ৫৩ | " | ১৩ | লনশোনবীগী | লানশোনবীগী |
| ১৫। | " | ৫৫ | " | ৬ | লমশোনবীগী | লানশোনবীগী |

## লেখকী ফোংথরবা লাইরিকশিং—

১। লম্নাই লায়য়েং লাইরিক — লুপা ১'২৫

২। মণিপুর আয়ুর্বেদ চেফোঙ

১ নবা ২ শুবা ৩ শুবা — লুপা '৭৫

৩। অমাইবা অহনগী পাউতাক — লুপা ২'৫০

## থোইদোকপা পাউজেল

পুয়া অসিদগী লৌথোক্লুনা শেমজবা "তাইবং শাফবহিদাক" মুপী নাহা অহলশিংগী অদুগা "নারা শাফহিদাক' অঙাং মশা-মউ ফত্রবশিংগীদমক থৌরাংজরে। জাতিগী খূত্তা শিন্নজরি। ইরৈবাক্কী পোথোক্লি ইপা-ইপুগী মমল নাইদবা মণিনি। চাং য়েংবিয়ু।

শ্রীমেরাসিং কবিরাজ।